পৃথিবীগী

# খনগৎলবা ব্রারী তরা

খোমজিনবা—হন্দোকপা

চিংথাম নোদিয়া

C N. Publication
Khoyathong :Imphal—795004

সত্রাবগী খনগংলবা ৱারী তরা

খোৱী লাংবা ঃ চিংথাম নোদিয়া সিংহ

অফোংবা ঃ কুমারী আনন্দীনা সি, এল,

পব্লিকেশনগী তরফতগী ফোংজবা।

ছাপা নম্ফম ঃ গনেশ প্রিন্টিং,

পাওনা বাজার ইম্ফাল।



অথুম য়েক্ষপা ঃ এন, অহনজাও সিংহ,

থাই নাগ থিংঙেল মরু ইম্ফাল

উমম হকপা ঃ এন, মঙ্গী সি,

এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

থুংনম ঃ অহানবা ই, ১৯৮৫

মমল ঃ লুঃ ৮

কোপী মশিং ঃ ১০০০

# পাউমেনজবা

“পৃথিবীগী খনগৎলবা বাণী তবা” হায়বা লাত্তম মচা অসি খ্ৎইদগী উনম তাতুনা ফো্দোকবা হো নবদা গনেশ প্রিন্টি্গী থৌরবোইশি্না যাম্না পুক্লিং চঙনা অমদি লেপ্তুনা অৱাবা কয়া খা্বিখি। মহুগী মপান্না অতেনবা মতমগী মপু্দা পোৎথোক অসি উবা ফ্জখি অতুগীদমক প্রেসকী থৌকল্প্ খাগৎ-চবি। মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা গ্রান্ট ওইনা লুপা ৮০০/- শেলগী মতে্ পা্বিহুনা। চাদি গী অবাবদা শরুক য়াবিবগীদ কম্মু বিভাগ অসিগী থৌশিল্লু্পকী অঙম্মশিংবু থাগৎচবি। অহুগা মক ওইনা মরুপ মপা্ অ'দি ওঝা কয়ানা লাইবিক অসি ফো্দোকপনা যগনি হায়না পা'উত্তাক পীবিখি। পাউত্তা'রশি্ অতুগী শক্তম ওইনা ঙসি মনিপুরগী সাহিত্যগী ঈমায়দা অনৌবা খেঙ্গো্ অমম্মু উবা ফ্জবে মরম অহুনা। ওজাশি্গী মযমদা শী্দোকপা ঙমগনি হা'য। প্য্ঙবা বাৎলবা লমন তোনশিঙ্গবে।

প্রকাশিকা,

কুমারী আনন্দী

# ৱাহয় অনিদং

হৌজিক্কী সাহিত্যদা ৱারী মচাগী ফমফম য়ামনা চাওরা থোরে। মতমগী যাওননা পুরকপা খুদোল অসিনা মরীক চুমনা সমাজগী শেৱা তৌরি। মীওইবা পুন্সিগা ৱারীগা তংন-থানবা ইথা নৈতদ্রে। ৱারীগী হেক্কমস্সু সমাজনি সমাজগী পুন্সিসু ৱারীনি। সাহিত্যগী মথৌদি সমাজবু নৈনবনি। অদুবু সাহিত্যগী ওইতে ৱিবা অমতনা হকথেংননা ৱারীগী মঙ্গংশিনবা য়াদে। মীওইবনা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা হীরমদি মীওইবা পুন্সিগী ৱারীনি। ৱারী মচাদা হায়বিবা তত্ত্ব অসি তেন্না শম্না য়াওই অদুবু ৱাখলগী পান্দি শাংই। ৱারীমচা থাদক্কী থাজ ওইবরসু পুংয়াল শেপ্পা য়াবরা মথেল অমনি।

পৃথিৱীগী সাহিত্যশিংদা মশিং লাকঙমদনা লৈরম্বা ৱারী মচানি। তাখক্তুং খনগৎলগা খ্বাই তৱাগী মাংদা পুথোকরবা হোংনভবনি। অনৌবা খুদোলনি। অমুক্তুং পাম্খৎলগা মথক মখা ওন্দনা য়েংবিবতদা হোংনজমন হৌজিল্লে লৌজগনি। নাচোম মচা অসিগা লৈচন খোমজিনবা হোংনবদা মরুওইনা গোপাল শেখরনগী "পৃথিৱীগী অথোইবা ৱারী তৱাহুমদোই" অদুগা অতৈ লাইরিক খ্বাংগগী মতেং লৌজখি। অসিগুমনা মতেং লৌজখিব-সিদা ঐনা প্রকাশক/সংকলনকর্তাশিংগী শিংদোকপা ঙম্লবোইদবা লমন তোনশিল্লে। অদুব অন্তর্জাতীয় সাহিত্যশিংগী অমগা অমগা ৱাখল্লোন পীথোক পীশিনগী ঈচেল পৱীংদা নাচোম লাতম অমতং থাদজবগা লমন্দূগী তুৱুম অমতং শীংদোকপা ঙমজগে হায়না খ্বাইগী মপুদা থরুমজরি।

ইম্ফাল, তাং ১৭।১০।৮৫ ইং

অথোম্বা

## লেপকা ত্যুহরন ১৮৫০ - ১৯০৪ ইং

(জাপানগী ৱারী ইবা)

[ত্যুহরন য়ুনান্দা পোকই। ফ্রান্স অমসুং ইংলেন্দদা মহৈ তম্মী। মথংদা আমেরিকাদা তরনেলিংষ্ঠ ওইখি। শিনফম অসিনা মরম ওইদুনা মহাক জাপান্দা চংখি। জাপানগী পুন্সিগী মরমদা ইবা মহাক্কী লাইবিক তরানিথোক্তদি য়াম্না মমিং চংলি। জাপানগী চংনবী অমদি সংস্কৃতিবু নোং চুপলোমদা শন্দোকপদা ত্যুহরন্না য়াম্না চাউবা শরুক যাখি। "জগোয় শাবী" হায়বা ৱারী মচাসিদা। মহাক্কা মীওইবগী থম্মোয়দা লৈবা মুংশিবগী অশেংবা শক্তম অদু উংলি।]

# জগোয় শাবী

লেপকা ত্যুহরন

অমম্বা অহিংনি, নোং থাকই। মায় মীৎ পাঙশিনবমখৈ ইংঙবা নুংশিং শিংলি। নোংমু অরেম্বা লৈতনা চুবি। চীংনক্তা অকিবা ফংনা শুকখ্রবা উমং অমা লৈ। মকমদু যোৎকপদা লম্বী চংপা পাখং অমা লমঙাউমখ্রে। লাই য়েকপা পামজবদগী জাপানগী কোন্নুং তোকিয়ো যৌনিংমনখ্রদুনা লম্বী অদুদা লাক-পনি। মহাক ওম্মোক্তা রারে। নোং নুংশিং অদুদগী ঙাই-ছাক্কুদা ওইরবসু ঙাকথোক্লবা অকোয়বা অদুরাইদা য়ুম নত্রগা খাংপোকশঙককা লৈত্রা হায়না কোয়য়েং য়েংবদা করিগুম্বা অমত্তা লৈখিদ্রে। মাইগৈ মরিমক্তা অকিবনা কোয়খ্রে।

নীংবা কায়রবা লমচংপা নহাক্‌ চীংগী মতোন তম্না কাখং-লক্লে। লম্বীদা মুংলক্লা কয়ারক নাইদ্রে, খুদি কযারক থীজিল্লি তেকথরকপা উশা কয়ানা নবগে তৌবদগী নাস্থোক্লবা কখা লাক্লে, তিংখংগী উবী মরক্তা অমুকন্দ্ব খুজিল্লি মহুদগী নাস্থোক্লবা হোংদৈ। অহুবু মহাক পুক্লি তপথনা অহনবা লৈতনা চংখ'লি। উচিন নাচিম্না চীংগী মতোন য়ৌরে। মায়দৈগে মরিদা কোয়না য়েংভি, অহুবু নীংবা কায়নি ঙাই ঙাক্লা ওইগ্রে। "ঙসিগী অহিং অসি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা অহিং ওইগদৌবমাগ্রে" মহাক্লা খল্লি— "অহুদগীদি শিবা য়ম্না নী ঙমদনা শিবা"।

মহাক্লা খূকখুদক বুল্লগা মপুগী মফমদা পার্থনা তৌননবা মথুং অনিমক রাংল থাঙ্গংলে। অহুদগীদি পুমচিক চিকখ্রে। অকনবা মুংশিং শিংলম্বহ্‌ খংলেপ লেপখ্রে। নোং চুবস্থ তোকখ্রে। মনম মুংশিবা চেনবা নামিবা মুংশিং ওইনা তপ্না শিংলাক্লে। ঙাইহাক্তংগী মমুংদা নো হাইদোবখিহ্না থাবল তক তক থোরক্লম্মী। নহাক্‌ খর পোংথারে। মপুক্লিংদা অনৌবা আশাগী মশেক অমা ফাওবক্লে। মহাক্লা মমিং পাঙ-থোক্লগা চীংথাদা কোয়না য়েংথখিবদা অরাপ্পদা লৈবা খাংপোকশঙ অমদা মুপি মুসি ঙানবা থাউমৈ মচা অমা উবে। হরাওবনা মশাদা অনৌবা পাঙ্গল অমা হাপকংখ্রে। মুক হৌগংলগা থাউমৈহ্‌ তম্না কুমথখ্রে। তুরোই ঙামলোই চংলহ্না খংপোক-শঙহ্‌ য়ৌরে। মহাক্লা থোঙদা তক তক থিল্লে। মমুংদগী নৌরবা ঈংঙবা খোক্লেল অমা লাক্‌এ—"কনা ওইবিরবনো"?

"ঐহাক য়াম্না চোকথববা লম্বী চংপা অমনি, য়াম্রবদি কাচিন মচি অমদা ঙসি অফিংসিদং লেমবা য়াবা মকম অমতং পীবিয়ু হাযজরিবা" ?

মহু তাবদা মীহুংথোঙ মচা অমা হাণ্দোরক্লে অহংগা মনুংদগী, লাক্লিবা মীশক মীতাহু মূম্না যেংঙে। ঙাইহাক নৈরগা থোঙ হাঙে। "মন্নুংলোমদা চংশিনবিবকপা যানি—লেঙশিনবিয়ু"। পুক্লিং হুরবা থোনফমহুনা হায়।

লম্বী চংপা পাখংহু মন্নু দা চংশিনখ্রে। অহুবু অঙকপদি— মাবু কৌশিল্লিবাদা থম্বাল মানবী, লময়ৌনা ফজবী মৌনহা অমা ওইরম্ম। মহাক্না নমস্তে তৌখি।

নমস্তে ওল্লগা হাযববই—'ঐদি মফমসিদা ইতোমত্তা নৈরিনি। ফমুং অমথক্তা থাই। নহাক মসিদা পোংথারো করিমতা চি নগনু। ঐদি করিঙ্গু নুংঙাইতবা, রাবা নৈতে। অহুগা ঐদি অহিং পুন্নমকসি ইতুম তুমদনা লেম্নী। নহাকী চানববা থজিক্তং থোঙ খিগে"। শকহেনবীহু মন্নুংলোমদা চংখ্রে। পাখংহু ঙকপগী ঙমথৈ নৈথিদ্রে। মমা থল্লি অসিয়ৌনা শোঙথ্রবা অকিবগী মশাক ওইববা জঙ্গল অসিদা অম্বুক ফজববী, নহা ওইখিবী অসিনা মতৌ কবম্না মতোমতা নৈরিবা। কবম্বা অথুম্বা, থেরোল্ল অমা নৈবা জাংনো—ভাব তাদে।

তানজাহুদা লুপীহুনা মহাক্কী চানবা পুরক্লে। পাখংহু চাক চান চাংন হায়রিবা রথল অহু অহুম থল্লি। চাক চারে। লুপীহুনা য়াম্ন পূক্লিং শেন কম্না হাযজবদগী পাখংহু ফমুংহুদা

হিপলে। য়ারবা হবচা নি। হেক ত্তাবগা তুম্বা য়ারবনি অহুবু তুম্বা বাদ্রে। মহাক তুমিন্না পাখোং অমা কো‌ংবা ঙমত্রা যেংখি। মমৈদা তুমনিংবনা নমহংতুনা মহাক তুমখ্রে।

কয়া কুইনা তুমথরুরবনো হায়বস্থু খংহৌদ্রে। অঙকপা মখোল অমনা পাখংহু তুম্বা কাবরে। হৌগংলগা ফমুংদা ফম্মে। মাগী লুখুমলোম থংবা নাকন্দু পর্দা অমনা খুংনা খজিন্দনা লৈরম্মী। মখোন্দু পর্দা মকময়লামদগী লাকপনি, মহাক্না যুম মনুংদা হুরানবা চংবোই নীংহুনা কোযযেং যে ঙগা পর্দাগী মকুমলোমদা চংশিনখ্রে। কাহুদা ওইরম্বা ফিভমহু উবদা পাখ হু ঙকখিবনা মশাহু কাউখ্রে, উতিংবগুম লেপ্তুনা লৈখ্রে।

মমাংদা বুদ্ধদেবগী মূর্তি অমা লৈ। মহুগী মনাক্তা পাখং অমগী অয়েকপা শকুম অমস্থু লৈ। মখল কয়াগী লৈ পবে‌ মযাম অমস্থু মমাংদা লৈ। শকহেনবীহুনা মূর্তিহুগী মাংদা পুক্লিং চঙনা ফজনা কেরহুনা জগোয শারি। জগোযহু যেংবদা লম্বী চংপা নহাহু শুমহংখ্রে। নুপীহুনস্থু জগোয়দা পুক্লিং লুপখিবনা কনাবুস্থু উখিদে। মিকুপ খবনী তুংদা জগোযগী সাথেক ওল্লকং পদা শকহেনবীহুগী মিংফমহু নহাহুগী মাযথোংদা তাকুরে। মহাক জগোয় শাবা তোকখ্রে। অহানবদদি শাউরংননা উই অহুবু মোমোন নোক্রুনা হায়রকই—'রাবৌবিমু। ঐনা নকাকী তুম্বা খুগায়রে ঐ য়াম্না ইকায়রে। মসিগীদমক ঙাকপিয়ু"।

পাখংহু মঙফাওনবগুম ইঙাও ঙাওখ্রে। য়ান্না মুংঙাইতনা হায়রকই—"নহাকী অচিকপদা পাংথোকচবা খৌরাংসি ঐনা

থুগায়রে। মসিগীদমক ঙাকপিয়ু ঐ য়াম্না ইকায়রে"। অদুবু মহাক্কি জগোয় শাবা য়াম্না নিংথিনা হৈরম্রেদা? খাংপোকপ অসি নহাক্না লৈবদা মতিক চাদে। মসিদা কয়দৌনা? "অহায়! ঐসি জগোয় শাবী অমনি। তোকিয়োদা মমিং চংপী। মহারাজ অমদি কন্নাই-কয়াইরশিংগী সভাদা ঐ জগোয় শাই অদুদা"। মহাক বা ঙাংখিদ্রে অরাবা য়াম্না অমনা মহাক মমায় লুবথ্রে।

পাখংচুনা হংজকই—"অদুদা হায়বদি"? শকুন্তলাবীহুনা মমায় হাইগংলগা হায়—'নহাক্না ঐগী বাবী তাবিনিংলবদি মথংগী কাদা লেংঙসি ঐ লীগে"। মথংগী কাদা মথোয়নিচু চংশিনখ্রে। পাখংচুনা কমু দা কপ্পে। সুপীচুনা কক্রাংদা ঙ চুনা লেপ্লগা বাব্রীচু লীরকই—"চহি অনিরোমগী মমাংগী বানি। ঐ অসি জগোয় শাবদা তোকিয়োদা শেং কায়না ফাওরম্মী। অচৌ-অশাং অমদি মহাজনশিংনা ঐবু কৌবা কংঙবদি মীমাংদা পোংজরম্মী। অদুবু থঙহৌদনা ঐগী পুন্সিদা পাখং অমা চঙকখি। মহাক ঐগী জগোয়দা ঙাওখ্রে, চেমহৎখ্রে। মহাক ঐগী য়ুমদা তোয়না লাকপা হৌবে। মতম শানা লোয়নরক্ল-বদুদা মরুপ মপাং ওইনা চায়বম্মী মমৈদদি নুংশিনবকে। অমনা অমবু উদবদা অরাবা ওইরে। অহল-লমন্না য়াদবগী মাযথোক্না ঐখোয়নি লুহোংঙে। চহি অমবোমদি ঐখোয় য়ায়া হুংঙাইনা লৈরে। অদুবু চহি অমগী মতুংদা - " হুংঙাইতবনা বা ঙাংবা ঙমখিদ্রে। মথোন্দু নীকু নীক্র হায়রকই—"অদুদগী কাল

হায়বা লাইহুনা মহাকপু এঙোন্দগী মুনখ্রে। মহাক নৌনা নোঙ্গাখ্রে"। কৈগী জগায়দা মহাক মথবায় লুপলম্মী। অহুম অঙিং খুদিংদা ফিজং লৈত্রেতংলগা কৈনা জগোয় শারিবনি মরমদি মসিদগী মাগী আত্মাহু পেনবা 'ইবসনু।

পাখংহু মুক্তিগী মতৌগুম তুমিন্না ফমহুনা অবাবগী মশক ওইরবা ৱারী হৌবম্মী। মমিৎতা মপি তাখিবা খ হৌদ্রে। মহু উবদা জগায়শাবীহুনা হায়রকই—"ইহে। ঐনা নহাকপু য়াম্না ৱাহনখ্রে বারৌবিগনু"। পাখংহু তুমিন্না জগায়শাবীগী নীংবা কায়রবা মাযথোংহু য়েংহুনা লেখি।

চহি নিস্কুগী মতুংনি। লম্বী চৎপা পাখংহু লাইযেকপদা অকাওবা অমা ওইখ্রে। তাকিয়োগী মফম খুদিংমক্তা মাগী চিত্রকলাবু শীংথানৈ। জাপানগী চেফোং খুদিংমক্তা মহাকী লাইয়েকপগী মরমদা থাগৎনরম্মী। মতম অহু জাপানগী অচৌ অশা কন্নাইবশিংনা শেল য়াম্না পীহুনা মতাঙ্গা মাগী মাগী মশক হেক হেক য়েকথোকনহল্লি। নোংমা মাগী লাইযেকশঙদা মহাক্ক ইনাকখুম্নবা নিপা অমগী শক্তম যেক্তুনা লৈরম্মী মতমহুদা মাগী সেবক অমনা হাযবৈ—"ওঝাবু' হন্নুবী অমথক ওঝাগা উননিংঙি হায়হুনা লাকপনি ঙন্দি মিনি-হুমনি শুরে ঐখোয়না থৈদাক্তুনা হেক হেক হলহনখিবনি অহুবু ঙসিসি ওবাদা তাক চগে লাকচরিবসিনি। ফিমন শেগায় তুখায় শেংলি য়াম্না নুংবা ওইরমাল্লে"।

লাইয়েকপহুনা নুংঙাইতনা খুম্মকই—"ঐনা নখোয়বু চাবা

ফজদবা হুইগী মতৌদোনা লাযরবা আতোনবা মীবু চঙহল্লকনু হায়খিত্রা"? চংশু। হৌজিকমক হন্নুবীহ্ন কৌসিল্লকউ। সেবক অহুনা হন্নুবীহ্ন কৌসিল্লুরে। চিত্রকারহুনা মাবু য়াম্না ইকায় খুম্না ফমহল্লবা মতুংদা মহাক্কা লাকপগী মরম হ খি—হন্নুবীহুনা অহান-বদা মহাকপু লুনা তৌবীরম্বহুগীদমক চিত্রকারবু থাগংলে। অহুগা হায়রকই—"ঐগী শক্তম অমতং য়েকহনজনিংঙি। হৌজিক ওইবিবা ফিভম অসিগী নত্তে। নহা ওইরিবৈ শক ফজরিবৈ মতমগী শককমহুগীনি"।

লাইযেকপহুনা নুপীহ্দা মুত্না য়েংঙি — । "নহা ওইবিবগী চিজোল অহ্দ দি লৈবি। মসি শেংলগা মওং ত্তানা লেপ্লা ঐগী শক্তমহ্ন যেকপিযু। মমল পীনিংঙাইদি লৈজদে অহুনা ফিজোল অসি নঙোন্দা কংথে কনম্মনি। মসি নহাক্তা অবিবা পোৎ লীহুনা থম্বদোনা থমহোরো"। হন্নুবীহুনা থিরোল-শিংহু লৌথোকলকলে।

লাইযেকপহ্ন পুমঙক ঙকখ্রে — "এঃ নহ কপু ?"

হন্নুবীহুনা হাঙ্গাইরপনা — "আহায়। ঐনি " "নহাক ঐবু শক খ ঙিত্রা? নোংমা অহিং অমা, লম্বী চংপা নহা অমখক, লমঙাংনেবা মতমদা নহাক্তী য়ুমদা লেকহিবা অন্থ নিং-শিংঙিত্রা"? লাইয়েকপহুনা হংঙি।

হন্নুবীহুনা হায—"হোয! লাইনা ঐবু নহাক্তী ননাক য়োমনবা লম্বী চুম্না তাকপিরে। ঐন্থ নংগী ননাক্তা থুংঙরে।

ঐগী য়ুমদা লেকখিবা অহিং অতুনা নমা উখিবা ঐগী জগোয় শাবগী শক্তম অতুমক মান্না শক্তম অগা যেকপিয়ু'।

"হোয়! ঐ শোযদনা য়েকথোকচগে"। অদো হে জিক মহাক মকম কদাইদা লৈবগে?

"ঐ মহু হায়নি দ্রে। ঐনা লৈরিবা মকমহু নঙোন্দা থংহনবা য়াবা মকম ওইদ্রে"।

মুমিং খরগী মতুংদা হনুবীতুগী নহা ওইরিঙৈগী ফজবা শক্তমহু চিত্রকারতুনা য়েকথোকপিরে। লাইয়েকপাতুনা মহাক্না হৈজবী থাতুনা য়েকপা শকহেনবীনা জগোয় শাতুনা লৈবগী অয়েকপা চিত্রতু য়েবদা থৈজেশেনা অহিবমক ওইরবোই নীংঙি। মসিনা চিত্রকারতুগী থ্বাইদগী হেনা ফজবা কলা কৃতিনি।

হনুবীতু লাইয়েক অতু লৌবা লাকলে। মহাক্না লাইয়েকপা অতুবু য়াম্না থাগৎলে। অতুগা মাগী ফিজোন্দ পীথেক্লে। নক্তে, নক্তে, ঐ ফিতু লৌরোই, নহাক অতুমক থমজো নিপাদুনা হায়। "মসি হৌজিক ঐঙোন্দা থম্মগা করি তৌনক্লগনি। নহাক্না অবিবা পোং ওইনা লীতুনা থমহৌবো"। হয়রম্মগা হনুবীতু চংলে।

লাইয়েকপতুনা সেবক অমবু হনুবীতুগী লৈফম খংনবা থারম্মী সেবক অতুনা হল্লক্লগা হায়বৈ— "সহবগী বাংমদা লৈবা চাকনিবশিংগী লৈকায়তুগী য়ুম অমদা লৈ" মথগী মুমিংতা লাইয়েকপতুনা শগোল গাডী অমা নেক্লগা ফিরোল পোৎচৈ অমস্তু, শেল পুতুনা হনুবীতুগী য়ুমতু তাম্না লাক্লে। হনুবীতুগী

আরাইবা পুন্সিগী মতম খজিল্লা ওইরবস্মু মুংঙাইনা লেনজসহ্
হ্ৱয়না লাইয়েকপতুনা খল্লম্মী।

হনুবীগী য়ুমহু পুমচিক চিকপ্রে। কৌবদস্মু কনামত্তা খুম-লক্রে। চিত্রকারহু মনুংদা চ শিনপ্রে। য়ুমতুগী মাবল অমদা ভগবান বুদ্ধগী মুর্তি, মতুগী মনাক্তা মাগী মুংশিজরবা মপুরোই-বহুগী অয়েকপা শক্তমহু থম্মী। মতুগী মমাংদা মহাককী গুরাংদা পুখিবা জগোয় শাবীগী অয়েকপা লাইহু মমায় ওন্সিল্লগা নিংথিনা থম্মী। হনুবীহুদি মাগী কমু হুদা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানপ্রে।

মপুরোইবগী আত্মাশান্তিগীদমক পুন্সি চুপ্পা জগোয় শারুকপহু হৌজিক্কি মাগী হকচাংদা মতুগী পাজল লৈব্রে হায়বসি খংল্হুনা মাগী মহুত্তা নিংথিজরবা জগোয় শাবগী শক্তমহু মপুরোইবগী সেবাগীদমক কংথোকলম্মগা হনুবীদো সংস্যব থাদোকখিরম্মী।



## মেক্সিম গোর্কী শোক ১৮৬৮—১৯৩৬

[ গোর্কী সোভিয়েৎ দেশগী অথোইবা লেখক অমনি। চহি নিপাল শুরকপা মতমদা মমা মপা লৈখিদ্রে। তাইবং-পাম্বগী অবাবা মযাম্না মহাকপু ৱরী ইবা অমা ওইহনখি। মহাক্কী ৱারী অমদি উপন্যাসশিংদা য়াম্না থম্মোয় শোক্না নীংঙম-দবা মীংশিবা অমস্মুং অন্যাযবু তুকচবা বাখলনা থন্নী। সমাজদা শোংথহৌরবা কাংবুগী কিন্তম শীংথাবদা মহাক্না পাবীনবা লেখক লৈতে। মহাক রুসকী ক্রান্তিগী লুচিংবনি। মহাক্কী "মাদব" পৃথিবীগী অংথাইবা উপন্যাসশিংগী মরক্তা অমনি।

গোর্কীনা মীওইবগী তু গী পুন্সিদা যাইফবা লাকনী হায়না থাজে। "শরদকা অহি অমা" হায়বা বারী অসি মীওইবগী মর্ফমদা মীংশিবা অমস্মুং থোজাল হৈবগী ফজরবা খুদম অমনি।]

# শরদ থাগী অহিং অমা

মেক্সিম গোর্কী (রুস)

শরদ ঋতুগী মতমনি। নোংমা ঐহাক হকচাংস্থ কযা ভমদে অতুগা বাখলস্থ মীংঙাইতনা লৈরম্মী। ঐনা থু ওবিবা সহবহুদা থংন চান্নবস্থ কনামতা লৈতে। মুমিদাং অতুগী চান থক্লবা পোং লৈনবা ফুরিংখাউদা পাই অমকাও যাওদ্রে। যিবোল অথোইবা খর লৈরম্নহুস্থ ভবাং নহাল লোইনা য়ে মখ্রে। ঐ

সহরহ্ থাদোক্লগা লমক্রুদগী লাকপা জহাক থাকম ,লৈবা মফম-দোমদা লাক্লে। ইপানথাদা জহাজ তোয়না থাংডিঙৈদদি য়াম্না লাংবা মীয়াম তিনবা মফমনি। ওক্টোবর থাগী মমৈ ওইশিল্লক-পদগীদি মফমহ্ পুমচিক চিকখ্রে। মী লৈখিদ্রে।

চোংলি চোংলি তৌবা লৈঙোইহ্ খোঙনা হাইদোক হাই-দোক্লুনা মঙ্গুংদা কবিগুম্না চাবা য়াবা পোৎ-কা লৈত্রা হায়না যেংহ্না চৎলম্মী। অহাংবা যুম অমদি গুদামশিদম্ চংহ্না যেংঙম্মী। কনাগুম্বনা হৌজিবসিদা পুক থন্না চানবা বা পিবা থোক্লবদি কযাদ, নু ঙাইগবা হায়না খন্দুনা চৎলি। হৌজিক্তী চাউখৎলবনি হায়বিবা যুগ অসিদদি হকচাগী অরাম্বদি পাক কোকহনবা যাদে পুক্নিংগী অবাম্বদি ঙাইহাক্কুদা কৌকই। লমজাওদা লৈবক্তা চংলবস্ ফজ-ফজববা ক্যুরা দলান অমস্তুং হৈকোল-লৈকোল্লচি বা উগনি। মহুদা পুক্নিংগী অবাম্বা কোক খিবগা লোযননা যুম ফজবা শাবা, অনা লাযেবা তম্না অসিন-চিংবগী রাখলস্ পোকই। অহুদগী ফজবা খিবেন শেপা মীওই কয়াস্ চৎপা উগনি মাখাযনা কদৌঙৈদস্ অনংবা অজ্জোনবগী রাখল তৌবিরেই যেস্ যেবিবাই। অওইবমক্তি মবুক থগা চাবা ফংবা মীওই অমগী পুকচেন্দগী পক থানা চাবা ফদবা মীওই অমগী পুকচেন্না মীনু শি লৈবা হৈন্রি।

মুমিদাংরাই ওইরক্লে। নোস্ চুবি। অবা মাইগৈদগী অকিবগী মশক ওইববা নু শিং শিংলকই। যুম অহাংবহ্ কাও-দোক্লুনা শিংপহ্দা অকিবা ফবা মখেলস্ থোকই। তুরেন্দা

ঈথক রা়না-রাংনা ছৌই অতুগা শৈরায়দা বোম বোম খে ঙিল্লগা কোঙ্গোল ওন এন্দুনা চেস্থখি। অসুম্না ঈথকশিংহু অমম্বদা চিক মা়নখি। তুবেন্দ্রস্ত ইংথমথাগী অই বহু উবদা কিহুনা চেনখিবগুম তৌই। অবাংশেমগী উন পুবা নু শিংনা উনগী খোঁরিনা পুনবিবগদ্রা হায়না তু বন্দনা চি নবা পোকএ। মো দোন অমম্বা মথক্তগী লিক্লা মবিক মরিক তাবকই। প্রকৃতিগী অবাবা ঈশৈহু উনা য়াওদ্রবা উম্বুম পাম্বী অনিগা হি অমনবা অমগনা অমুক্কা মতাং চানহল্লে।

মথক-মখা ওম্বোক্লবা হি অমনবদুগা অরিবা মশক থিববা উম্বুম পাম্বী অনিহুন অহুমহু অবাংগী নুংশিং অঙ্গৈংবনা তমথীনা ওংপিবম্মী। পোং খুদি মক মথবায় পুবা ঙমজদ্রে শিরুম-নারুম তৌরে। পোংচৈ পুন্নমক শিবা ছৌবে ঐস্থ ।শিবগদমাল্লে নিংঙে। মতম অহু ঐ চহি ১৮ শুম্বা শরে কয়াদা নু ঙাইখ্রবা মতমনো। ঐ অঙ্গৈবা ৈ়শঙোই অচোংপা মথক্তুদা য়ান্না লাপনা চংলে। লাম্বগা ঈবগনা খদা কপ কপ নীকখ্রে। ঐনা অহাংবা খোনচা (অচাপোং থন্নবা উপু) অমগী কাচিন কোয়াদা চান-থক্লবা পোং-ককা শৈত্রা যে ঙি। নাকল অমবোমদা য়েথোকখিবদা মীগী শক্তম অমা উবে। মাগী মুপাগী কিজেং অহু নোংমা ইচোং চোংলে। ঐনা মাগী মতৌত্ন মুন্না যেংঙম্মী মহাক্ত তৌবিবহু লৈঙোযদা কেম হনবা ওইনস্থ উই। মনাক্তা চশিল্লগা ঐনা হংঙি :— "নবু কবি তৌরিবনো"?

মহাক থংলাউ লাউরগা হৌগংলে। ঐঙোন্দা য়াম্না অকিবা মিংয়েংনা য়েংঙগা লেপখি। মহাক্কী ক্তিভমহ্ ঐগী চকি কেগা ওইনস্থ উই। মরাইবক থীবদগী হায়গন্রা মাগী মমাযদা অশংবা মচুগী অশাং অশাংবা দাকফম মরম অহুমক লৈ। মহুনা মমাযহ্ ফজহন্রে, অংয়াদি ওইখবস্থ হায়রিবা দাক মবমশিংচু চাং চপ মান্নবা মিংকী মথাদা অনি অমা মথক্তা অমা নাকল অমদগী নাকল অমফাও থুংনা থুনা চি ঙি। কনাঙুম্বা হৈরম-হৈকাভ্রবদগী ফজবা হেক হেক মাংহনগনবা বলাকার অনা তৌবা মাল্লি।

মহাক ঐঙোন্দা যেঙি। কিবদি থর কিবঙুম তৌবে। মথুংনা লৈঙোই কনথোক্লগা একেকবী রুমাল অহু কেংদা পুনশিল্লে অহুগা হায়রকই— "নহ কস্থ ঐদোনা অচ পোং খিরা মাল্লি। মকম অসি তৌথোকও, সিদনি। ঐগী খুং অসি য়াদ্রে য়ারে"। মহাক্না 'খোনচা' অমদা খুং থিল্লগা তাকই— "মকম অসিদা তল শোয়দনা লৈরমগনি। য়েনশা স্থ লৈরম্বা য়াই। মপুহনা খোমচা অসি হৌজিক্তা কুম্মগনি"।

ঐ লৈবাক কয়া তৌথোকপা কৌবে। ঙাইহক লৈরগা মহাকস্থ ইনাক্তা চংলক্লগা লৈবাক তৌবা যাওরব। ঐখোয় থবক শুমিম্নবে। অথং অহৈশিংনা হায়নবা, হায়খদি মীওইবা ঐখোয়সি মতম অয়াম্বদা ইশাগী রাখল, লন থুম, অমদি লমচং ব্যবহার, নীতি নিয়ম খক কাউরোইদবনি অহুরু ঐদি মতম অহুদা হায়রিবা রাখল ময়ামহ্ অমত্তা নিংশি লমদ্রে। শেংনা হায়রবদা

খাওইবগী. লংলারগী বাখল পুন্নবক খাদোক্লগা খোনচা অহুদা কাক্ক পোং য়াওরমগদগৈ হাইবা ভাক্ক থন্নমী।

অসুম অসুম মমশিল্লকত্রে। নৈচিনস্তু কুংবা হেম্মডিল্লকই। ঈথকস্তু মখোল শৌবা হেল্লবলে। খোংস্তু থন্না চুশিল্লক্লে। মরক মরক্তা চৌকিদারশিংনা লাউরকপগী মখোল তারম্মী। "মহাকী মধা খৈ দ্রিত্রা"? মহাক্লা তগ্না হংডি। ঐ ভাব তাদ্‌হুনা পাউথুম পীক্রে।

"খোনচা সিগী মথাগী কাংখোং কংদ্রিত্রা" হায়রবনি? কোমদা পংতৌদা তৌথাকপা খোনচা মখ'দা থাবা উপাক অচু কাওবা তৌথোকউরগা ফলদি কবিমতা ফংদহুনা অরেম্বদা রাহুনা তোকত্রা? অহুগী শরুকপুদি সো জসি ফকবায়বনা শমগনি থল্লি"।

নুপীদগী অকবা রাখলসি তোয়না ফংদে। অচুবু ইখন-থন্দবা অহুগা ঈকং-কংদবদি নাডু। ঐস্ত অহগুম্বা অযবা রাখলহুংদি যানি ডি অমত্তং মহু থবক ওইনা পা থোক্লবস্ত হোংনৈ। ঐনা সোহু কন্না মুকথাযহুনা পুনাগা কোন্নবা ফুকতংলে। মহু উবদা মহাক চ শিল্লক অহুগা হায়রকই— "ন দি চেকতুমগা ম ন্নবা বল্লিক"।

উনি <u>নুপী অমগী মচিন্দগী থেংবকপা থাগং রাইহেনি ঐগুম্বা নিপা অমদনি নুহো বগী কোয়েংতুগী হেন্না মচিন্দ চৈক্লে</u>।

রাকণিং অহুদা কৌজিককী অমস্তু হৌখিবা মতাগী হাখল্লোক য়াওবে। ঐ অসি হান্নদি লাইতে চাদথা মীত্তা ওইনা তৌই

অদুবু হৌজিক্তি তাব য়াম্না তাংরে অদুনা মীনা থাকংপাদুনা ঐহাক্তোন্দা খোইদৌক্না তাব কাবহল্লে। ঐনা য়াম্না লাংতক্লুনা হংখি— "মসিগী মমুংদা করিনু য়াওবা উবগেনে" ?

মহাক্না ফিভম ইকায় কাবদনা পোং পুন্নমক মশিং থিবা হৌরে— "শিক্নি হাম্না থুম্মুক মচা অমা, মতু চৌম্বা কিন্না ছাতিন অমা, য়োংকী বাজিতন অমা"।

চান থক্রবা পোংতি যাওদে। ঐগী আশাদি বাম্বরে। অদুবু মহাক্না য়াম্না পৌনাম্না লোয়ননা হায়রকই— "এ! সিদা লৈরে"।

"করিনো' ?

"তনদি' তন অমা। ইহে মসিদি চোংলেদো"। মহাক্না মহৃ ঐহাক্তোল্লোমদা ন শিল্লক্লে। মাস্থু ঐগী ইনাক্তা লাকএ। ঐনা তন অদু তখায় অমা চিক্লুনা শায়বা হৈরে।

"ঐহাক্তোন্দসু ঃ চং অমা পীবকউদনা ? ঐখোয় মকমসিদা লৈবদি চুমক্রে অদুবু কদোম্মদানা নে ঐখোয়না চংকদবনি'? মায়গে মবিমক মনশিনখ্রে। চোংলি চোংলিন্দু তৌরে। য়েবাওখোলদু তাবি।

"এং আদা হি অমা উপু মা লৈরে। লাকও মসি তাম্না হেক্কমচংলসি"। ঐখোয় চংলে তনসু চায়। মোংসু কম-শিল্লক্লে। ছুরেনগী মথানদু কনখংলক্লে। মায়গে মরিমক্তা মখোল থোকপা সুংশিং শিংলি। অকিবগী কপক ওইন্না

হিংচাবনা মুংশিং ওন্নুনা শব্রংখাতুব কয়েম্নবগুম ভৌরি। মখোলহু তাবদা ঐগী থম্মোযদি বিবনা লিবম্রে। অদুবু ঐখোয় তল চা চাহনা চংলি মুপীহু ঐগা এয়ার মদা তুমিয়া চংলি।

"কমিং করি কৌই"? ঐনা হঙি।

"নাতাশা" মহাক্না তম্না খুম্মী। ঐ মত্তোন্দা মুম্না য়েংঙি ঐগী থম্মোযদা য়াম্না মুংঙাইতবা চৈনা অমা ফাংখি। ঐ অমম্বয়োমদা য়েংথোকই। লাইবক থীবা অমম্তু তমথিবা লাইহুনা ঐঙোন্দা য়েং যেংহনা মুংশি হৈত্তনা নোক্লুরিমাল্লে খল্লে।

নো' অহু হিগী মনঙন উপাক মথক্তুদা মখোন থোকনা কন্না চুরি। মহুগী তপ তপ লাওবা মখোন্দুনা পুক্লিংদা হেন্না রাহল্লি। হি অক য়বমবক্তা মুংশিংনা শিংচিনবহুদা অঙকপা অমদি অবিবগী মশক ওইবা খোংহুক অমা থোরহল্লি। ভুবেলগী ঈথকশিংসু লৈবাযদা ফুজিল্লি মহুদগী থোরকপা মখোলহুসু নীবা কায়নিংঙাইনি, কনাগুম্বনা অরাবনা থল্লবা পুন্সি রারী লীবদা অতাবা কা বুনা মথোমা মাবগী মতোঙ্গুম ঈরাওখোল অহুনা থম্মোযদা অকিবা কাওহল্লি। ঈথকশিংনা কাযরবা হিহুদা হম্না হন্না ফুজিল্লি, লৈরাইদগী থোরকপা নাকেংখোল অসি নোংজুথাদগীনা নিংথমথা ফাওবা থোক্তুনা লৈবা মনম্না থাতুসু য়াওনবা রারে। ভুরেল মথক্তা লৈচিম্না শিবগী

তান্দব অগোয় শারি। কোঙ্গোয়া শন্নবা ঈমায়ঙঙ্কা তংশিংবা অতুংপা লৈত্তবা শিংলি। হিগী মরুমদা খুঞ্জনদি চোংস্থ চোংলে, কাম্নবত্থু ফংরে। সুংশিং য়ৈবনে নোং চোংপনে, ঐখোয় অদি ঈংবনা থক থক নিকখ্রে। ঐদি উইনিংঙকএ। নাতাসাদি মথুংনা খুকউ পুল্লে। মকোক্কা খুকউ মরক্তা লুকথরগা হিদা ঙাহুনা ফম্মি। মমিংতু তুরেললোমদা চাগদঙুম য়েংলি। মহাক্কী শকফমহুনা তুমিন্না লেংদনা ফমহুনা লৈবহু উবদা হক্লোইবা অমা থাওবকই। ঐ মঙোন্দা বারী শানিংঙি অহুথু করি হায়সিগে খংদ্রে—

মহাক মশানা বা ঙ বা তৌরকই—

"পুন্সি হান্নবগি কয়াদা অরাবগী মশক ওইগ্রবানা",

মহাক্না য়াম্না শেনা থাজবগা শেয়মনা হায়রকই। বাকংপগী য়াদি নত্তে। অহুগা মহাক্কী রহৈ অমিনা হ য়িক্লিবা বাকমহু অশংঘমক ওইরবোই নীংহল্লে। মহক্কী থরায় মচাহুনা খম্বা ঙস্না বাথলগী ঙমথৈদগী ফংজবা খরহ্ 'অস্তপর্কা মতিক থাজনা যোংদোকলকপনা মহু চুপ্পী নত্রগা চুমদে হায়বা মোং পীনি দ্রে। মোং পীবা তারবদি মাগীহুগা মান্নদনবা ববোল অমা শেমদোকপা তাই। অহুনা ঐ তুমিন্না লৈরে। মহাকস্থ হান্নঙুম লেংদনা ফম্মি।

"ঐখোয়না পুন্সি অসিবু অরাবনি নত্রগা পুংঙাইবনি হায়না ফনা হায়রুরবস্থ মহু থক ওইরোই। নাতাসানা অমুক হায়রকই। হৌজিকস্থ মহাক্না বাকংপগী মওংদা হায়বা নত্তে। মহাক্কী

লোইনা শিজিন্নথোকপিরম্মী। মহাক্না মুপী কোম্নত্রবদি মাতাসা থোইনা শাউরম্লোইদবনি। অদুবু হৌজিক্তি মাতাসানা খাগী মাখল থোইনা থম্লে।

"ঐ ইশক থীবসু নাঙ, ঐবু থাদোক্লগা অতোপ্পা খিবসিবু ঐবু ইকায়বা পীবা নত্রা? ঐবু করেম্নবনি! ফত্তবদো! ঙরাং ঐনা ঐগী মহাজন্দগী চুটি লৌরগা মাগী মনাক্তা চংলুই। মতম্মরুনা দিমকানা যু ঙাওরি পাশকম। তুরেন্দা ঈরুপতুনা নুংঙাইবম্মী। ঐনা হায় "ফত্তবা! গুন্দা!" মহাক্না মানা শাউরুনা ঐগী কাউবানে, কিম্না থিনবানে, খম পায়রুনা চিংখৎলে নহা ওইত্রবনি। মহাক্দি ফবু যরি — ঐগী ইফি ইরোল ক্লোইনা মুনথিহৌবে। বনাগী ইহন হুনবা জেকেং রুবল মঙা পীরুনা লৈজবা, কোক্তা পুনবা কনাল খোং খোংপা লোইনা নমহুনা লৌহৌবে। ঐখোয়গী মহাজনগী মনাক্তা ববম্না অমুক হন্ডিল্লুনি? হে ভগবান! হেৎজিকপু ঐনা তৌগদবা করিনো"? মহাক কপা কপরম্লে। নুংশিংনুংলে মাচা অনদে। মাসু ঙাংবা লেপত্রে— "ঐনা ঙম্মবদি লোইনাক নংনা থাদোক্কদবনি, মতুপ্র মতুপ ককথংকদবনি। নুপাশি সে হুইগুম্মনি, নুংশিংহৈবা জাং নত্তে। তাং তৌশিনবা। মীনম্বা নংনা ঙাক্তুনা হুইদোনা মমে হাইরম্না, ঐখোয়গী ইনাক্তা হেক চংঙকপা। ঐখোয়নদি থাজবদগী অরেম্থে নৈথেকই। মমেদদি মখা নাক উথারককই। অনিগুম্না নখোয়গী ভুং নংনা ফত্তবা ঙাঙুনি। শিনবদি অমুক্তা তিন শিংচিনগদবনি। সুকপা নুংশিংলে ই"।

মানা চৈরিবসি য়াম্না মশেলোম লৈবগী মঙদি নত্তে। অয়া অমা ঙাংজি অশ্মাউবগী ৱাঙাং মরক্তা লোক্লুকপগী মতৌচ য়াওবগুম তৌই। অহুবু ঐঙোন্দদি য়াম্না নুংনা শোকত্রে। অৱাবা লাইরিক পাক্লুবদা নত্রগা অকনবা লেকচর তাক্লুবদা অম্সুক য়াম্না য়াদে। করুবা মীশক অমগী মতৌদা অতোপ্পা অতৈনা ইকায়খিবা অহুঙ্গবসি। অদুগা অশিবা অমা উবদা নুঙাইত্ত বরুনগীদি অশিবদুগী মরমদা য়াকৈনা শীংথোবদনা হেন্না য়াহল্লি।

ঐ ঈংমনথরুনা খদাং ৱৈরে। য়াম্না য়াত্রে। নাতাসাগী ৱারী তাবদগী নত্তে। মতমদুদা অপিকপা খুং অমনা ঐগী খুকশমদা শোকলকই নামনা মায়দা অদুগা তপ্না হায়রকই— "নংমু করি ওইনা নুঙাইত্রিবনো"?

নাত্তাসা নত্তবা অতোপ্পা অতৈ অমা লাকপেইনা খল্লুরে মরমদি মহাক্তি হৌজিক্তা মপামথে শিগ্রসনু হায়না লাই খুররম্মিবনি। অহুনু মহাক ওইরম্মে— "নহাক করি তৌরে? এঃ য়াম্না ঈঙেনা। মকুন্দনা তাশিন্দুনা নিকতুনা লৈরম্মেদনা। ঙম্মাইনা ঐঙোন্দা হায়বা য়াদত্রা। লাকও সিদা হিপ্প। ঐ কোনবিগে। ঐঙোন্দা চেংনা কোল্লু। থুনা শাগৎলকনি। অহিংস্থ পংশাং শা ঙোই নংবু য়ু থকপ্রা? নংগী থবক মুনবিগ্রবা জাংলা? অহু ওইববস্থ চিন্তা তৌরুম্মু"।

মহাক্না ঐবু পোংথাহল্লে। ঐ হকচাংসি তেকখংলে। ঐগী হৌখিবা পুন্সিদো তুকচনিংঙাইখি। ঐগী অৱাবগী সংসারদা মহুনা করেম্নরি। ঐনা মীয়ামগী তুংগী পুন্সিগী মরিদা য়াখল

কয়াম্লক থোকখি। অকোমলৈপাখিবিকপ সমাজগী চংনবা অমসুংবা রাজনীতিগী অখোয়া পুরক্লবা মাথক কয়া থংখি। অসোইবা ব.থন থননবা ওয়া মাওই কথাগী মতমদা লৈনরম্মা। ঐমা ওয়ামদু হোংনজফুনা অকনবা 'সামাজিক শক্তি' অমা লৈফমগে হায়রম্মী। ঐ থরমইথদি ঐগী অমিংবতু খুঙে হায়মম্মু থৈঙে। মতম অফুলবদা ঐহাক সমাজদা হিংবগী অধিকার লৈ হায়মম্মু থাজবম্মী। ইতিহাসতা খিংচং লৈরবশিংগী মরক্তা অমা ওইদুনা মশিং হেনগৎহনগে হায়না খল্লবা ঐ ওসিদি লমহাং অঙৈবা মতম অমিদা খুদী অক্কনা লায়কয়বিদুনা লৈরি – লায়ররবা, হাপকা মবাইবক থীরবী, মীনা ওংশিরবী, মমল মাংজরবী। ম ওগী অমগী মতেং ফংগনি হায়রবসি ঐ খল্লবদু লেতে অরুবু মতাক মশামক্তা ইতেং পাবিরি। —ঙসি এঙোন্না থোকইবসি মখাক্তি য়াম্না তমথিরবা মঙনি হায়না খল্লমী।

অচুবু অয়াবদি নো, অতং অথম লৈতনা চংখি। মরিক মরিক্লা ইশাদা মৈবদা ওন্থোক্লা মতো থানা ঈ লে। তুরেলা ঈথক হৌরি। নুংশিং লেপ্লে। মহাক্লা ঐবু অইংবদগী ঙাকথোক্লবা লাক্লরি। পাদৈ লৈতবনা ঐথোয়নি লেংগোমদুনা থক থক নিক্লরদুনা থা নরম্মী। মসি তচুম্না ও গুনি এনা থাজে কনাগুম্বগী মমঙদসু মসিঙুম্বসি থোকলম্মাই। ঐঙোন্দদি তশেংনা থোকখ্রবা থোক্লদোক্লি।

নাতাসাদি রাঙাংঙি– থোংনা লৈনা মিচু শি লৈবা খুদী ওইবগী রাঙা শিচু তাবদা ঐগী থাম্মায়সি মহি চেল্লে। ঐগী

মিংতৌগী পি তাখিবা খংহৌত্রে। মতুনা ঐগী খন্নোম্বদা লৈরম্বা অমোংবা পাপ, অপঙবা করা চাম্থোকখ্রে। মাতামাদা ঐবু খেমজিনবিরী।

"করে, কার, সুপামচা। কল্প তোকও। রাখল পংথন খঙ্গুদনু লোইনমক কোকখিনি। ঈশ্বরনা অমুক মহাকপু মফম চংনা হিংনবা ভানজা পিগনি। পুন্নমক ফরকনি"। মহাক্না ঐবু মথা অমগী মতৌগুম মপুকচেল শেংনা চুম্নাম্বী অদুগা খেমজিনবিরম্বী — "তুমিন লৈরো ওকএ ঐ নগী ফককমদু নেংকনিংঙে। নোংঙনখিসনু ঐনা নংগী মফম অমা থিবিগনি"।

নোংঙানবা কাওবা ঐখোয় মফমদুদা লেপ্লে। নোংঙাপ্লে ঐখোয় হিগী মফমদগী থোরক্লগা সহর তম্না চংলে। সহরদা ঐখোয় অনি য়াম্না নুংঙাইতনা কায়নরে। অদুদগী অমুক মহাকপু উথিত্রে। থা ৬ ফাওবা ঐনা সহরগী মফম থুদিংমক্তা মহাকপু কোয়থি থিরম্বী অদুবু পুক'চল ফজরবা মিগুংশি লৈরবা মাতাম্দা শরদবী ঈংনবা অহিং অমা মহাক্না ঐবু শেন্নবিরম্বী মুপীদু অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে। মহাক শিখিবা ওইরম্মু য়াই। অদু ওইরবসু মহুনা মঙোন্দা হেন্না করে। করিগুম্বা হিংদুনা লৈবম্বা ওইববসু মাগী আত্মাদু শান্তি লৈনা লেনবা ওইসনু। ম শাব অমিদা মোওইবগী পুন্সিনু আবম্বদা রাজহম্ন্নিথা ফল্লবা লমচংকী ইথিল অদুনা নাত সাগী আত্মাবু অরাবা পীদবা ওইসনু।

## ভি, বলাস্কো ইবানেজ লোক ১৮৬৭-১৯২৮
### ( স্পেনগী লেখক )

[ইবানেজ আরাগানদা পোকখি। উকিলগী পরিক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা মতম খরা উকিলগী থবক তৌরম্মী। অমসুং মহাক লাইরিক ইবা হৌরে অমসুং রাজনীতিদা থোংদাখি। মহাক ভাইস্তমদনা থুমাং চাওথিনবা রাখলমা মরম ওইদুনা অবাবা কয়া থেংনবা তাখি। মহাক জেলগী অবাবা কয়া থাংখি। জেলদা কয়ারক হন্না অবাবা থাংখি।

রারী অসিনা লালগী মতমদা থোকপা অকিবগী মীলক ওইবা কিতমগী মরমদা শাংথারী। রারী অসি পাক্কবদা লাক্লবু তুকচবা অমদি পামদবগী অহনবা রাখল অমা থস্নোয়দা কাওরি।]

# অহিংগী পুং অমা তাবদা

**ভি, বলাস্কো ইবানেজ**

নুমিদাংগী পুং ২ তারে। পুং অমা তাবদা পেরিসকী জগোয় শঙ পুন্নমক লেংনখ্রে। পুংখয় অমগী মমাংদা হোটেল পুন্নমকস্থু থিংগ্রে। ঐখোয় উ পাম্বী মমাক্তা লেপতুনা লৈরম্মী। সিনেমা য়েংজবা কা বু কাংবু লাকই মখোয়গী মমিশিংস্থু ঐখোয়গী ইমাক্তা মৌনরুপা হেক হেক হোক্কা কুনা চংখি। লম্বীদা থাল্লিবা

থাউমৈগী মঙালহৎ থর থর মমথরি। মমশিনকুবা আকাশতা থরান্ন-মিচাক-শাবেং শরেংগা কুকেং কাকেং ঙাল্লিবহৎ ঐখেংমনা লাংতক্কমা য়েংহুনা লৈরমী। অদোমবসিদি আকাশতা থরামমিচাক ঙাক্তা ঙাকবগী অমত্তু সর্চলাইটকী মাপু মচু মনবা মৈরাগী মঙালনা আকাশতা ঙালেম্মা য়েন অঙৌবা শাক্তরবেনাই থরি।

ঐখোয় অহিং মিংশেল খাবগী থোংনাং তেংক্লমী। ঐখোয় খল্লি। সরবিয়র কেপ্তেন অনি ক্লেন্স রাইটর অমা অকুপা ঐশনি। ঐখোয় অমসুদা অংকগী লমনম চাদা কদাইদম চংলুনি। খোঙ পুম্মক লোনম্লে। ঐখোয়গী মরক্তগী কেপ্তেন অমনা হায় — “পু, ২৪ হা হুনা লৈবা য়াম্না কনা ফেশন য়াংবা হোটেল অমা ঐ খংই। অদুহ মিংশেল খাদবা অফিসরশিং পুম্মক করিমত্তা হক্তোমন্না লাখবিবা হোটেলহুদা চানে। হোটেল অদুগী মঙুন অমা নৈ মতুংদি য়েংলুবা দেশ অনিগী মাস্কু মপমদ্দা লাকঅবদি য়াম্না নুংশিনন, বারী শানৈ। ঐখোয় চংলে।

মফমদু যৌরবদা ঐখোয় পুমঙাম ঙানবা হোকা অমদা চংশিল্লে। অহোকপনি অমম্বা লৈরক্কী থিডমদুগা মফমসিদা জোরবাসিবশিংগা খেন্নবদি কবি হায়রুনি। কা অদুদা মিংশেল কয়ামুক লৈরমী, মদুদগী সর্চলাইটকী মতৌগুম মঙাল শোবকই মদুগী মমিনা, ইলেকত্রিকী যন্ত্রশিংদা য়ৈরম্মী। মফমদুগী নি-থিজবহৎ উরগা চহি অনিগী মমাংগী পুক্নিহৎ নিংশিংজি। মথল মথা কয়াগী মিজেং লৈত্তে লবী, হুপীশিং, খুমী নিশান। ঙাওরবা কিপাশিং, বায়লিনগী মখোল, মীথ্রোদাক্কা লোয়নবা খুংশিন্নবা

ঈশৈ – লাঙ্‌সমাংগী মতৌদো লিংশিংদবা উমদে। অহূবু মকময়ুদা তিল্লিবা মীয়ামকি শুবিদাংবাইগী খুট শেংবা অমত্তা থাওদে। ফ্রেন্স, বেলজিয়ম, ইংলিশ, রসিয়চিংব; তিল্লিবা মীওই খুদিংমক লান্মীগী কিতৌলডাক্তা শেংলি, থরো শেগায়বা, উক্তুল তৌবা অ'সাংবা ঙাক্তনি। ইংগ্রেজ লান্মী থরদি থায়লিন খোংজি। অমনা অমবু হয়াও তঅয়াম্না নোক্তুম্না থাগংদৈ।

হায়রিবা মীয়ামসু লান্দা মথয়ায যোল্লুয়বা ঙাক্তনি। পুক্লিগী শু থকউরবা ঙাক্তনি। মথোয় হয়াও মথোই কায়বা হিংহোনব-শিংনা অহিং তেংবান্দা লেকউরগা অয়ুক্তা অকনবা নুংশিংকী মাযোক্তা ঈশৈ শক্তুনা হিংহৌনবগুম হবাও তষান্মী। সয়বিয়া মচাশিংদি লাইরিক কয়া হৈত্ত অহূবু ব্রারী শামথদদি শৈরেং ওইনা তৌনৈ। মফম অসিগী মী খুদিংমক কবিনি হ্যুত্তা থল্লি। মরম অহুমা বারী লীবদি যম্মা লায়না পোং ওইনা থল্লি।

সয়বিয়াগী কেপ্তেন অনিমক মু থকঅম্মী বু হেক খকপদা লান মাকথীরকপগী বাথল হেক শিংশিংলে। মথোয় উন মরক্তা লান তৌবা তারম্মী। সববিয়াম অময়মনা সিভাই তবা তরাগা মায়োক্লবা তাখি। তুংলোমদনা মেশিনগন অমসুং নোংমৈ মকনা নোং চুবগুম হৈথবি মী লিশিং লিশিং অমসুং শান্‌শন কয়া কিহুনা চৈয়রি। থুঙ্গং অমদি লৌ পুম্নমক মৈ চাকএ। অশোকপা কাংবুনা হুইগী মতৌগুম লাউ-খোংঙি মতুপ মতুপ কেল্লবী অশিবী মুপীশিংগী মশাহু লাংজানা শেংতুনা চাবি।

ঐখোয়গী ক্রেন্স মরুপতু চংখ্রে। ঙাচিন অমদা য়েন্দু অশাংবগী লুহুপ উপ্পা নিপা অমা ফঙ্খী। মহাক সববিয়ান কেপ্তেন অমদা মূনা মূনা য়েংডি। কেপ্তেন অহুস্তু ঙাব তারে। অাইহাক নৈরগা মহাক তুমিন্না নাংখ্রে। অহুগা লোয়নবা য়েন্দু লুহুপ উপ্পা নিপাহুস্তু চংখ্রে। অতোপ্পা কেপ্তেন অহুদি ঐগা নৈলহৌরি। মহাক্না য়ুগী পেগ অমগা য়োংশিন্নে অহুগা মথক্তা হাপ্লিবা ঘড়ীদা য়েংডি। অমুকস্তু পেগ অমগা য়োংশিন্নগা ঐভোন্দা য়ুম্না য়েংডি। মীংয়েং অহুনা তাকপদি মহাক্না ঐবু থাজে অহুগা মাপ্পা পুংঙাইতবা অবাবগী ৱারী অমা শানিংডি। মহাকী নিংশিংবগী লম্বীদা থরায়-শোক্না হুংঙাইতবা থোদোক অমনা থুদি থীরম্মী। মহাক্না ঘড়ীদা অমুক হন্না য়েংডি, অহিংগী পুং অমা তাবে। মহাক্না খংহৌদনা অচিকপা খুগায়হুনবা ঙাংবা হৌবকই— "থা মরিগী মমাংনি— ঙসিগী নুমিং অনিমক্কি, মতমস্তু সু ঙৈমক্কি"।

মহাক্না ৱারী অস্তুম অস্তুম লিথরম্মী— "ঐগী মিংতা অমম্না অহি, উম্না কুপশিন্নবা লমপাক, কিহোম অমদি অতোপ্পা পাম্বা-শিংনা থল্লবা চীংয়াশি, উরক্তগী নুংশিংনা হুমদোরকপা নৈচিন মপৈ মপৈ লশিং মফোল পাইথোরকপগুম পাইবিবত্তু মথং মথ উই। মহুগা লোয়নবা খুঙ্গং অমগী অাতক-অকায়, মহুগী মবক্তা চেনগ্রবা সববিয়ান লান্মীশিং দগী শেমখোবা ক বু ঐগী মিংকী মাদা উবগুম তৌবি'। মহাক মথং মথ ঙাংলম্মী— কাংলুপ কাংলুপ চংলি চংশিবা লান্মীশিং হু অাচনবা ঙাক্তনি। হুপী

কন্নানা তেংথা-নাউওইহৌনা মমাংদা মচাশিং হোইহৌনা চংলি। নুপী খবনা খরায় শোক্লা অশিবশিংগী মথক্তা মোক্তহৌনা য়েংলি। মখোয়না পুরিবা লানগী পোংচৈশিংগী ময়োমশিং অহৌ লাক্তুনা লংশক্কদোউগুম তৌবি। কায়রবা খুজংগী অতেকপা য়ুমশিংদগী থোরকপা মৈরিনা অকাশ অসি মচু শংবগুম উরি। অমম্বগা শোয়ননা মী অশিবগী পুমনমক্তু শন্দোরকই। অহিংগী অশুবকপা মরক্তা নোংমৈগী গর গর, গদং গদংগী মখোল্লা তিল-কাণ্ড পুন্নমক পা খংনখ্রে"।

নোং হেক ঙাক্নবদা অকিবগী মশক ওইরবা লালহৌ অমা লাক্লনি। য়েক্লবগী লান্মীশিংনা নুমিদাং মফম কদাইদা লোং-লিবগে হায়বা কনাম্তু খংদে। অহৌগা য়েক্লবহৌ অমর্নীঙা, অষ্ট্রীয়নলা ববণাশিয়নশা হায়বস্তু কনাম্তু খংদে। অহৌবু অহৌক য়াম্বা য়েক্লবশিংহৌগা ম'যোক্লবদি তাই। মমৈথংদদি মায়থিবে হায়বসি যাবহৌনা চেনবদা তবখ্রী। নোং ঙাম্ব্রিদ্রৈদা চী ৱাংম লাম্না চেপহৌদবা যাদে। নুপী-অঙাং, হনুবা হনুবী অমদি শা যন কম্নামুক অঙ্কি দা শিন্দ্র। নিপা খরদং হি ঙিবহৌনা য়ুমগী অতেক-অকায মরক্তগী গুশী কাপ্নি। অমুক অমুক শিন্ন শিম্ননা কাপ্পী অহৌগা তুং হন্নস্তু চেল্লি"।

মহাক রা অহৌনক ঙাংঙম্মী—'খংহৌদনা কেন্দ্রেন্দ্রগী পুক্কি দা রাখন অমা লাকপে। "অশোকপা চেনবা ঙমদ্রবা সিফাইশিংদি করম তৌনি? ঐখোয়না মখোয়গীদমক কবি তৌবা তাই? মাপীনা কুপ্পা লোশঙ অমা মথকতুম্তু গুলীনা চাইখ ইগ্রবা অহৌগী

মহুমদা, মতেঙ্গকপা পিড়্রাই খাংথৈদ্রুক নাইহেন্নুনা লৈ মখোয়কচু অনুবদগী থৈনাক্কা লাউ খোংহুনা থক্নো থক্নো ওন্নি। ওবা শোকপা কায়ুর্না শিং শিকহুদ্রা ঋষিপঞ্চিকা ওবা লাকলে থর্দি তনিথর শোকহনি......."।

কেপ্তেন্দু নৌশঙ তান্না চংশিনখ্রে। মর্কমহু হান্নবা হৈ চাকপদা খাওবা ইনে শিন্নমদাইগী শোব অপুম্বা ময়ামদগী খোঙ্কপা মদিন্দুমে পুম্নমক নমথিরে। মহাক্কা রাহৈ থব হায়বদি— মহু তাবদা মশাদা লেংবা ওদগী শক্তি লৈরিবা মী পুম্নমক কেপ্তেনগী তানফাওবা, অপিকপা মঙাল অহু তাম। শিংদুনা চংশিনরকই। নাহেবহু পুমলেপ লেপখ্রে। অঙকপ, অচিকপা অমা ওইখ্রে। শিবদগী হেন্না কিববা পোংশক অমা উরহনা রা ওাংবা থোক্কনা কিববোই থক্লে।

মেক্রুবগী থৌজ ন যেংজবো হায়না নংশেকপা তারে হায়বা তাবদা মখোয়শিংহু ফুক ফুক হৌগংনৈ অহুরু বোম বোম তুই পুম্নমক্কা অরাবা মথবায় চাকপগী খোন্থোক্কা কেপ্তেন্দুগী মফমদা হায়জরি— "ইচিন ইনাওশা! ঐখোয়বু অস্তুম্না থম্মীরমগনুবা! প্রভু যীশু পন্দুনা রাশকচগে

মেক্রুবগী মথুং চনখিবা হায়বসি কয়াদা অকিবগী মকাক্কো? বলগাজিয়াব অমম্থুং তুকচীশিংগী দয়াদা থাদোকপিবা? চহি চা কয়াদগী মেক্রুবা ওইহনা লারুবনি— নত্তে! অত্তে!! মখোয়ক্কা ঐখোয়বু ফাওরবদি মহুনা থাইদগী তমখিবা শাপ ওইনি ......।

অশোকপা অমাবা ময়ামতুগী মমিংশিংতুনা য়া কয়া হায়রিংবা উংলি অতুবু চিনবান্দদি য় হৈ ওইনা খোককনবা ঙমখিদ্রে ·· । মী খরদি মবৈবাক্লা মীথা পোনখিবা তারে খনবদা খক খক নীকলি।

য়েক্লুবনা মতৌ করম্না লমন শিংঙকনি? মতু খল্লুবদা অমুক হেন্না অকিবগী মশক ওইদ্রে। "ইচিল ইনাওশা!—ইচিল ইনাওশা॥" অমুক হয়া লাওনরক্রে। কেপ্তেন অতুনা খোল্লাউ অতুগী অর্থতু খ লতুনা নাকল অমম্লোমদা য়েংখোকখিরম্মী "নখোয়না ঐঙোন্দগী পাম্বিরসি করিনো"? মহাক্না হন্না হন্না হংঙম্মী। ময়ামতু ছন্দোক্লগা চেনবদি তারবনি অতুবু সম্লবিম্লান অমতা হিংনা খনম্মগা চেনবদি চেম্লোই। করিগুম্বা মখোয়শিংতুগী কেপ্তেন্দুস্থ শোকপদা যাওবম্বা খে ক্লবদি মখোয়না তৌবিবা অতুন্না তৌরোইদ্রা - ?

মায়থীরবা কাংবুনি লানগী মচাকস্থ য়াংকম থোকই। লাম্মী অমতনা গুলি শিঙ্জিন্নবগী অপাম্বা লৈরমদ্রে। কেপ্তেন্না থা-খুমদগী থাংশাং চিংথোক্লে। লাম্মী খরদি হান্নবা সংগীন্না থিন্নবা হৌগ্রবনি। অতুবু মতুনদি মওং তাদ্রে। অতুনা মহাক্না অমুক হন্না তুনা য়েংবা তৌদনা অনাবা ময়ামতু মথং মথং মতুপ মতুপ তানা ককথবা হৌবে। নোংলৈ নুংশিং হৌবগুম থম্মোযদ খমথেংনা অরাবা অনাবগী অকনবা চৈথেং কাওবম্মী। ঈনা নালাগুম চেম্ভরি। অনাবা পুন্নমক শিং-শিংতুনা মখোয়গী

মপু কেপ্তেনদু তম্না চংশিন্নখি। মহাক্কী মখুত্তা শিন্দবগী লাইবক কবহ্ন ফংবা শান্নরম্মী। মরমদি কেপ্তেনগী হৈশিংলব, থাঙয়ান অহুনা ইরা রাহৌদনা শিবা ওম্মী। "ঐবুস্ব হাংপিয়ু ঐবুস্ব ঐবুস্ব হাংপিবো ভেযা" লাওনবি। কেপ্তেন অহুমা মিরুপ অমদা মী কয়া ককথবি । সিভাইশিংহ্ন শিংনা শিংনা চংশিন্নৈ। মহাক্কী মনাক্তা অনাবা ময়াম্মা কোম্নশিল্লি। অহ ন-বদি মমায় শৈথোক্রগা যাম্ববম্মী মখোয়না শিবহ্ন ফকখে ননা উদনবা হোংনৈ মখাযগী মতৌহ্ন উবদা মমিংতা মপি শিন্থখিবা খংহৌদে। অহুবু মমৈদদি থবক লোইশিন্দবা য়াবক্রুহ্ননা অপনবা নৈতনা থবং থবং ককথবা হোরে। করিগুম্বদা শিহৌদ্রবশিংনা নাম্বেখোল খোরকপস্থ য়াওই মহুদদি থাঙযান অনিরুক হনবা তাই। অহুদগীদি পুমঙৈং পুমচিক—। ও ওম্থোক্লা তমথিগ্রবা খুংনি ওম্মোক্লা কনগ্রবা থম্মোয হায়হুনি—।

'ভাই! ঐবু হান্না ঐবু হান্না' লাওনরি, থেংথরবদি যেক্লবা লাকপনা হানগদ্রা পাখংনরি। মচিন মনাওগী মপংতা শিজবনা হেন্না পামজে। পামজকমস্থ থোকপনি। সিভাইশিংহ্ন মঙকশম চপ চপ তিংনা নৈনৈ। মরমদি চপ তিংনা শাদোক্কহল্লবদি ঈ চেনবস্থ লেপগ্রনি অহুগা থাঙয়ান অমুক্তা লায়না তুপ্পস্থ ওমগনি।

"ঐবু হান্না ককউ ঐন হান্না হাংলু" লাওনবগী অরেপ্পা [illegible] চেন্নে। অমগী মথক্তা অমা তাবি।

অমগী মথং অমা — — যু লিক্লিগী খাও হৈদোকলকপদা মথং মথং কায় কাযহূনা ত বদোনা তাথক্লি।

× × × × ×

ফোটেলগী হোলগী কাদা হৌরম্বা মৈক্কগী মৈশাম্ক লোইশিনখ্রে। নুপীশিংনা সিজাইশিংগী মনাক্তা পাউদর, থাউমমম তৈত্নবা লৈবক্তদগী চংনখ্রে। ইংগ্রেজ যক্ত খোংবশি-নস্থু অর্থোইবা অল খোংবা হৌখ্রে। নোকলি নোকলি তৌত্নবা কাযরমদাইগী মও উংনবক্লে।

বারী লীনিবা সববিযান কেথ্রেন্দুগী মথংতা অবংবা থাও অমা পাযবম্মী। হৌখিবা থৌদোক অহু নিংশিংবদোনা তেবক মথক্তা থাউত্নবা তক তক যৈখ্রি। কক্ত কক্ত লাউবা মখোলস্থু থে কই।



## এডগার এলেন পোঃ শোক ১৮০৯-১৮৪৯

( অমেরিকাগী অথোইবা ৱারী ইব। )

[ এলেন পো ১৮০৯ দা পোকখি। মহাক্কী পুন্সিদা মীয়াম্না মগী অনংবা কোকুবা অকনবা লাম্নেংবখি। অতুতস্থ নত্তনা য়ু থকপগী মায়োক্তস্থ অকনবা আন্দোলন ত্তৌখি। মশাগী চহি অমিদা ভায়রিবৈদা মমা মপা অনিমক লৈখিদ্রে থবক লৈতবা, য়ুগী নিশা অমদি লায়রবগী লায়নানা মহাক্কী লমচৎ মাণ্ডখি। মমৈথ দদি মহুগী মায়োক্তা আন্দোলন ত্তৌবা লুটিংবা অমা ওইরক্‌খি।

মহাক্কী ৱারীদি অকিবনা থল্লি। মহাক্কী কল্পনা শক্তি অমম্বুং অঙকপা শৈওং শৈদানা মরম ওইদুনা মাগী পাক্রশি অসি চুম্নগী তাইবংমী মান্দে অতুগা থোঁদোক্কী মফমস্ত পৃথিবীগী ওইবা মফম ওইদ্রে। পোঃদি বারী ইবদা লাম্না লৈতবা লেংকনি। মহুগী প্রমাণ্দি পীরিবা ৱারী অসিনস্ত ওইরল্লি। ]

# থম্মোয়গী সাক্ষি

**এডগর এলেন পোঃ**

ঐ তপেংনা কিরম্মী, হৌজিকস্থু কিরি— অদুবু নংনা ঐনু কৈদৌবগী অঙাওবনি হায়রিবনো? লায়না চেল্লি হায়দুনা ঐ ভাব চোইবস্থু তৌদে জ্ঞান মাংবস্থু লৈতে। মহুদি লায়রদনা ইচং-থৌরাঙম হেজপংলে। খ্বাইদগী হেন্না শুকপদি ঐগী কাকোংসিনি

তাবগী পাঞ্জলসি অঙকপা কংনা হেনখংলে। পৃথিবীগী অমম্বং অকাশকী মাপাউ হুনা তাবা এখী। মোরোক্কী পাউগ অশেংনা তাবা থংঙি। ঐ কৈদৌবগী ঙাওদৌরিবা? ঐনা কয়া চয়া অমদি শেনা ইশাগী মাপী লীজবি। মসি ঙাংবা অতুগা ঐদি ঙাওবরা নত্রগা ঙাওদত্রা হায়বত্ লেপ্পু।

অসিগুম্বা রাখল অসিনা ঐগী থঝোয়দা কয়া চংখিবগে হায়বসি হায়বা ঙম্লে। অদুবু রাখল অসি চথিবদগী ঐঙোন্দা অকিং-লুংখিল হায়বা থায়দনা হেলোই অমা তোংহনা লৈরে। মীবু কল্লক মীহেৎবগী মপৌম্ নত্তে। ঐনা হন্নবা নিপাদুবু থে ইদে ক্লা মুংশি। মহাক্লয় বরিগুম্বদা ঐগী কনেবা তৌখিরিবা মহাক্লা ঐবু হন্না থংবসু তৌদে। মহাক্কী লম-থুম ময়ামদুবু ঐনা করিসু কল্লকপা লৈতে। ঐনা মানু ঙুকচরিবসি মহাক্কী মমিং অহুনি। খীগ্রবা লাংজা মমিং মানবা শ বাম্নবা মথক্তা অমু অমুবা মগী চেনবা মহুনা ঐঙোন্দা মুমা য়ে শিল্লকপত্তদি ঐগী ঐ অসি ফম্জিল্লিকোই খীংঙি। ঐগী রাখল অসিদা মহাক হাংতোক্লগে লেপ্লে। অদু ওইরবদি মহাক্কী য়েংনি খিত্রবা মিং অসি উরগ্নোই। থস, রাখল অসি লেপখিবদগী ঐগী মওং হোংলকপহুদা ঐবু অঙাওবা ওইহনবোই মীৎবদনি। অঙাওবা হায়বহুদি করিগুম্বা জ্ঞান অমতা য়াওদ্রবনি। মংনা উরম্বা পোক্লবদি থংগনি ঐনা কয়াদা চেকশিন্না তুংদা থোরককদবা পুম্নমক য়েংঙগা নিংখিজনা থবক তৌখিবদো।

হন্নুবত্তুগীদমক ঐগী থঝোয়দা থোজাল, মীনুংশি অমদি

ঙাকপীবা হায়বা ৱাখলদু ফাওখিদ্রে। অদুবু মাবু হাংকদবা হাপ্তা অমা ৱাংলিঙৈ ফাওবদু ঐ মহাক্কী ফমবা তৌবা মীশক অমা ওইরম্মী। অহিং নোংখাই খুদিংগী ঐনা মাগী কাদুগী থোঙ পুন্নাহ্ তপ্না তপ্না হাংজি। ঐনা থোঙদু খজিক্কং কাং-থোক্লগা লালতেন্দু মমনা লৈথরগা থম্মী। অদুগা থোঙদু ঙাসিল্লি। ইমু দু পুম্নম মখ্যে। ঐনা মনুংদা কয়'দা চেকশিন্না চংবগে হায়বদু নহাক্না করিগুম্বা উরবদি নোক্লিংগনি, ঐ য়াম্না তপ্না মনুংদা চংনবা হোংনৈ মবমদি মহাক্কী ভুম্বগ্র কায়দনবনি। তশেংনমক ঐগী কোক অসি মাগী কা মনুংদা লিংশিল্লগা মাবু উবা ফংনবা হোংনবদা পুং অমা চংজি। অঙাওবা নিপা অমনা অস্নুক্কী মতিক লুপ্লবা থবকসি তৌবা ঙম্ফম থোকপ্রা? ঐনা মনুংদা হেক চংশিনবগা লালতেন্দু অমুককসু লৈথরগা মঙাল মবম অমদি মাগী লাংজামিং মানবা মিং অদুদা তাহল্লি। মসি য়াম্না চেকশিন্না তপ্না তৌরিবনি করিগুম্বা মখোল অমতা থোকপা নত্তে। অস্নুম্না অহিং তরেংলক ঐনা হনুবদুগী মনাক্তা চংঙম্মী। অহিং খুদিং মহাক্কী লাংজা মিং মানবদু উইশিন্দুনা হেক্তা লৈরম্মী অদুনা ঐনা তৌগে খনবদু পাংথোকপা ঙমখিদে। ঐনা মীহুৎ যানিংদবদি কবিস্নু নৈত্তে। মাগী ফজবা খীরবা মিং অদুতবুনি ঐনা তুককচরিবসি।

নোংঙানবগা ঐনা ইকোয কোযদনা মাগী কাদা চংজি ৱারী শাই। হংজি— নহাক অহিং করম্বা মতমদা তুমথৈ? মহাকসু

অঙকপা মীনি। অহিং অহিং চংঙকইবা কয়িগীনো হায়না অমুক্তা হৌদে মথমদি মঙোন্দা চিংনবা করিস্থ লৈত্তে।

নিপাম্লি শুবগী অহিংহৃদি ঐনা অমুকা হেন্না চেকশিন্না থোঙ লাংনবা হোৎনরম্মী। ঐগী ঘড়ীগী কাটা অসি ঐগী মিত্তুন্দগী হেন্না যাঙনা চংলবোই খল্লি। ঐ ইশাদা লৈবা অমুক্তা শক্তি অসি লান্নদি খংঙমদে। ইত্তোমতা ঙকপস্থ ঙকল্লে। ঐনা য়াম্লা রানা ঐগী রাখলহু লোংতুনা থনম্মী। ঐ য়াম্লা তপনা থোঙ হাদোকঅম্মী। হনুবহুনা ঐগী পুক্লিংদা লৈম্বিবা রাখলহু মমঙথাওবা মঙঙম্মোই। মহাকসি হান্নবা শিরবদৌনা তৌরে। মাগী মতৌহ্ উবদা ঐ নোকঅম্মী। মহাক্ন ঐনা নোকপহ্ তারখাল্লে য়াওল্লক্লে। ঐনা নোকপা তাবদা মহাক থ গ্রমাল্লে। অদাম্লা খনবিবস্না যাই মহাক্লা হৌগংপহ্ উবদা ঐ হনদোকঅম্মনি। —নাও, ঐ কৈদৌঙৈদস্থ হম্নবোই। কা অহ্ য়াম্লা মমথ্রে। কাহুগী মীত্তংথেঙমখৈস্থ মহাক্লা কিহুনা লান্নবা লোনগ্রবনি। অহুনা মহাক্লা ঐবু স্থকউ উবা ফংঙম্মোই। ঐনা তপনা মখোল অমতা থে কহনবা তৌদনা থোঙহ্ হাংঙম্মী। ঐগী কোক অসি মনুংদা শিংশিল্লে। ঐ থাউমৈ ঙানবা পান্নমদে। ঐগী থুবীনা কোঙোগী পুনা অমদা থেংঙম্মী। মখোন্দ তাবদা অকল অহ্ থংপ্রেক খংবগা পোবননা কমুংদা হৌগংতুনা যমলে। মহাক্লা কম্না লাউবকই— "কনামো"?

ঐ তুমিন্না লৈরম্মী, পুং অমা চুপনা স্থপলেং লেংদনা তুম্মিপা লৈরে। অহল অহুস্ত ফমুংদা অতুম কমহুনা লৈরে।

'মখোল 'অহু অমুক খোরকখিগদ্রা হায়না ঊাইহুনা ফমলম্মী। মহাকসু ঐনা ঊাইবগুম শিবা ঊাইরম্মী। মহক ফকলংদগী 'অশিবগী পুংখোল' তারম্মী।

'খংহৌদনা নাহে খেল অমা তারে। কিহুনা নাহেরবোক্ত শিংহুরে। অহুবু কিহুনা নত্রগা অর বা চৈথে না মরম ওইংমা নাহেবা নংলমদে। মখোল অহমক্তি কনাগুম্বনা মমংদা অকিবা উবা মতমদা 'লাউরকপগা চপ মান্নে। ঐ খংডে, মুম্না খংডে। অহিং নোংম্মাইদা ঐডোন্দগীসু হ.যবিবা খোম্হোক অসি হেক হেক খোকই। মখোল অহুনা ঐবু হেক হেক বিহম্রম্মী।

হমুবহুনসু খোম্হোক 'অহু খ ঙি অহুনা মহাকসু তহুম হ য। লাউবা ওইরম্বসু যাই! ঐ মহাকপু নু সু মু শি মোবসু নৌক্লিংঙি। মহাক অহানবগী মখোল ত বদা যাওনখিবদগী হৌজিক ফাওবা তুমথদ্রি। মহাক হেন্না হেন্না বিবম্মী। মহাক্না অখোন্দু নু শিংমনি মত্রগা উচিনি নংগনা হারৌনা খোংবা ওইরম্বসু য়াই খন্দুনা অরেম্বদা কিবনি হায়না কাউখোরুবা লাক্লরমগনি। অহুগা মপুক্তি ফাধনবা লাক্লরমগনি। অহুগু খম্বিসু কামদ্রে। মরমদি কখিগুম্বা শক্লাইদবা মখোল অমনা লাউবি—'নংগী অরোইবা মীকুপ অদো ননাক্তা তপনা তপনা চংডকএ'। 'অশিবগী লাইনা মাগী চিঙাক অহুগী মথক্তা মনি তাহনগ্রে। মমি অহুনা নংবু হাংকদৌরিবা মীহু লাকএ হায়মা খংহনগ্রে। অহুবু মহাক্লা ঐ লাকএ হায়বসু খংদে মখোল অমতসু তাদে। উবসু ফংদে।

ঐ মতম ঙাইবদা রারে। মহাক্না হিপথত্রিদৈঙদা থোঙ হা ঙগে থল্লে। থোঙহু তপনা তপনা হাংদোক্লে। লালটেনহু য়াম্না পিক্না মুশি মুশি ঙাল্লি। মসিদা অদোম্না অমুক্তা থল্লহুনা যে.বিয়ু ঐনা কয়াদা চেকশিন্না থোঙ হাংদোকইনি ? লালটেনগী মুশিবা মঙালহু মিরা.দৌনা হনুবগী লাংজা-মিংকী মথক্তা তারি।

মমিং অহু পাঙলি। মহাক্কী পাঙলিবা মমিংতু উবদা ঐ ঙাওরে। শংবান্নবা মিংকী মথক্তা পর্দাদোনা অমুবা মরম মরম লৈবহু উবদা ঐগী শরূ মপু.গী ঈ ফাওবা ফমজিল্লে। ঐনা অহল অহুগী মমিংতু নঙবা অতৈ মশাগী শকক অমতা উদে। ঐগী মিংফমহু না.ঙিবা পান্দমফম মপা চুম্না তারশ্মী।

ঐ হৌজিক হানরগে— অদোম্না ঐবু অঙাওবনি হায়বিরিবা মরম অসি অতৈ নঙে ঐনা য়াম্না শেন্না থ.জিংমনবা ভাথি তামনবা মও অহুবুনি। নতম অহুদা ঐগী নাকোংদা যাম্না পিকপ্রবা থোঞ্জেল অমা লাকখি মহু ঘড়ীবু চেনা য়োমশিল্লবা মতু দা মথক্তা তাবা মখোল অহুগুম্না পিকই। অহুবু মহু য়াম্না শেংঙি। মহু অহল অহুগী নি.দোন তিং তিং চোংবগী মখোলনি। মখোল অহু ঐনা হান্নদগী থ.ঙবনি। মহু তাবদা ঐ শাউনিংঙ বনা প্রোক প্রোক চাকএ। লাম্মীশি.না লানগী থোল মথোম তাবদা ফিংগংপদোনা থোকঅম্মী।

যিভম অসিদমু ঐ ইশাবু থুদুম চনবা ঙমজরি অহুনা তুমিন্না লৈজরে। নিংশা শোর ফাওবা ওন্থাক্না রানা হোল্লে। লালটেনগী মঙান্দু মাগী মমিং মপাদগী লৈথোকহম্লিংদহুনা ঐনা

লালটৈন্দু স্নুপলেং লেংহন্দনা পায়রি। মহাক্কী নিংদোন্দু কন্না চোংলে। অস্থুম অস্থুম কনখংলক্লুনা ঐনাফাওবা শেংনা তারে। অহল অহ্ যাম্না কিবমাল্লে। ঐস্থু নখোন্দু তাবদা কিরে, মুংশা থীরে। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহিং নোংয়াইহ্নদা মখোল অহ্ তাবদা ঐ কিবনা থক থক নীকল্লে অহুবু তুমিন্না লৈরম্মী। মাগী থম্মোয় চোংবগী মখোল অহ্ অস্থুম অস্থুম কনখংলকই। মসিদগী হেক্তিল্লক্লবদি মাগী থম্মোয়হ্ কাযগদ্রা খল্লি মহ্ যুম-লোম্নবা মীনা ফাওবা তারম্মগদ্রা হায়না চিংনরে। হনুবগী অয়োইবা মীকুপ থুংঙরে।

ঐনা খংলাউ লাউবগা লোয়নবা লালটৈন্দু লাংশকল্লে অতৃপা কাহ্নদা চোংশিল্লে। হনুবত্ত অমুক্তং মৈচাকখোল লাউরম্মী। ঐনা মাবু ফমুং মথক্কুদা নৈহঙ্না চবম মেংখায়রে। থবক লোইবে। ঐ ফাকু ফাক নোক্লম্মী। হনুবগী নিংদোন্দু তপনা তপনা চোংঙি অহুবু ঐ মুংশা থীদে মরমদি ইমুংহুদগী মপান থোক্লা হৌবদি ঙম্মরোই। ঙাইহাক্কী মতুংদা থম্মোয় চোংবস্থু লেপল্লে হনুবহ্ ঙীংল্লে। ঐনা মশাহু পায়হনা য়ে বদা নুংদোনা কনল্লে অহুবু ফনা কুইনা মাগী নিংদোন চোংঙিব্রা হায়হনা যেংঙম্মী। মহাক লেংইল্লে নুঙ ওনল্লে। মাগী মনিং অতুনা ঐবু অমুক ফম্না মু ঙাইহন্দবা তৌররোই।

অদোম্না ঐবু অঙাওবনি হায়বিনিংব্রা ? অমুকস্থু ঐনা য়াম্না চেকশিন্না মাগী অশিবা মশাহ্ লোংশিন্নবা হোংনরে। অহিংদি

থেংজিল্লকই। ঐনা তুমিন তুমিন থুনা য়াঙনা থবক লোইশিন্নবা হোৎনরি। অহানবদা মঙক অহ্ককথৎলে অহুদগী মথুং মাখাং মথং মথং ককথরে অহুদগী লৈমায়দা থারিবা উপাকশিংহু হাই-দোক্লগা কোম তৌথোক্লনা মশাহ্ হুমজিল্ল। অহুগা হান্নগী মতোঙুম উপাক্ত্ এখন চানা ননশিন্দুনা থমগ্রে। কনাগুম্বনা বেংবদা হুপথ খংঙরোই। মনমহুদা ঈং মবিক অমযাওবা তদে। ঐনা হান্ননা মহ্ থেঙনবস্ত হোৎনরম্মী। হা হা হাঃ ।

ঐগী থবক পুমলোই হেক লেইবদা অয়ুক্কী পুং মবি তারে। অহুবু ঙানবদি ঙানথোক্ত্রি। পুংগী মখোলনা মবি য়ৈরকপ তাবমক্তদা কনাগুম্বনা থোঙদা তক্ তক্ তৈবকই। ঐনা বুমথবগা থোঙ হাংঙি। নিপা অহুমখক পুলিস ওফিসাবনি হাযত্তনা মমুংদা চংশিল্লক্ল। অহিংদা লাউন-খো নখিবহ্ যুমথ নবশি না তাহুনা রিপোর্ট তৌবমায়ে। মখায় মমুদা চংহুনা থিবা হৌরে। ঐনা মোরোন নেক্তনা মখোয়বু তবামা চংহল্লি ঐ করিস্থ্ থুককংপা লৈরমদে। ‘অহি দা লাউখিবহ্ করিনো” ? “ঐনা মঙদা প লাউ লাউবা ওইরমগনি”। “সিদগী হনুববহুদি ? ঙসিমক মহাক চৎথোকগ্রে” ঐনা খুম্মী। মখোয়না হুমগী কাচিন কোযা লোইনা যেংঙে। ঐনা মখোয়ব অহনগী কাদা পুহুনা যেংক্লল্ল। ঐনা য়াম্না পুকচেল শেংনা চৌকীবা থাহুনা মখোযবু পোংথাহল্লে। ঐনা ইশাগী চৌকিহ্ হনুবহ্ হুমক্তিনখিবা

মপাহুমক্তদা থারম্মী। ঐহাক্লা ঙম্বা তা'র খনবদা ঐ থোইদে'ক্লা মুংঙাইরম্মী।

পুলিসকী ওফিস রহ্ হয়াওবম্মী। ঐগী ব্যবহারহুনা মখোয় যাম্না পেল্লম্মী। ঐসু মখোয়গী মনাক্তা মুংঙাইনা ফম্মে। মখোয়না হংবা পুম্নমক ঐনা চিনবা অমদি অকিবা লৈতনা খুম্মবা মতুংদা মখোয়না হংনিংঙাই লৈত্রমাল্লে অতোপ্পা য়ারী শাবা হৌরম্মী। অহুবু কয়া কুইনা ঐ য়ারী তাবা ঙমগনি। ঐ কোক চিকলকএ, ঐগী নাকোংদা ছুইশেন খোংবগী মখোল তত্তনা তাবা হৌরে। মাযথোং অসি মকশিল্লক্রে। মখোয়দি ববেম ঙাংহুনা অহুম লৈবে। ঐনা মখোয় চংখিবা লাইখুরম্মে। ছুইশেন মখোন্দ্ তোযনা তোযনা অমস্তুং কন্না কন্না খোংবা ক্লেনজিল্লকপগুম তৌই। ঐনা মহ্ তাশিন্নদনবা য়ারী কন্না কন্না শাবা য়াওই। মখোল অহ্ য়াম্না শেংবা তেল্লকই। ঐগী নাকোং মক্তদগী থোবকঅমাল্লা খল্লে।

ঐ মাযথোংসি পুংমক মকশিল্লে। ঐ হৌনা হৌনা বা ঙাংঙম্মী। মখোল অহ্ খর হৌনা শেনা তাবে। ঐ নিংশা শোব থিংবা হৌরে। হাযরিবা মখোল অহ্ পুলিসকী ওফিসার-শিংহুদি তাদমাল্লে। মখোলহ্ হক্তবা নাইদ্রে। মখোয়বু চংহলনিংবনা ঐ থা বা ঙমদ্রহুনা হৌগংলগা লৈমাযহ্দা হক্সং-হক্সা চংশিন্নরে। মখোল অহ্ হেন্না হেন্না কনখংলকই। হেভগবান। পুলিসশিংসিনা তৌবিবা মতৌসিবু করিনো। ঐনা চৌকীহ্ লৈমায়গী উপাকতুদা অমুক তকই অহুগা অমুক খংকম কমথৈ

অহুবু মখোল অহু থাক্সেশেংনা হৌগংলক্লে। পুলিসশিংহুদি খারেম ভাংহুনা নোকই। অহুক কৌরবা মখোল অহু পুলিসশিংহুনা ভারম্মোই হায়বসিবু ওইখোকপা য়াক্রা? হে ভগবান! করি থোকখরগবা? মখোয়নস্তু মখোল অসি শোয়দনা ভায়মক্কি অহুনা মখোয়না চিংনহুনা ঐগী পাখংলবা শকক্ম অচিদা কপ্লেরবা ওইরমাক্লে। মখোয়না লোইনমক খংজবা ভাক্লে। অন্নুম ভৌনা কিবা পাখংপা খাংগদবগী শক্তি য়াম্না য়াখা অমা থেংনবনা ফগদমাক্লে।

অাত অতৈদি থাংবা ওম্মী মখোয়না কয়েরবহুদি ঐ থাংবা ঙমক্রে মখোযগী লৌনম নৈবা মীনোক অচ ঐ থাংবা য়াক্লে। ঐ মওল মওল থনবা হৌরে— যায়া কন্না লাউহুনা কোং-দোকঅসিবা নত্রগা ঐ শিজয়সিব্রা? ছুইশন মখোল অহু অমুক্বা হেন্না হৌনা তারে।

"হেই! ফত্তবশা"। ঐনা কন্না লাউবে— "ঐ হৌজিক অশে বহু লোংতুনা থম্বা ঙম্মক্রে। ঐনা হাংপনিনে! ঊপাক-শি, অসি লৌথোকও! য়েংঙো • সিদা য়েংঙো মহাক্কী থম্মোযদো মপাসিদা ফুমজিনখিবনি। খোঞ্জেল অসিনা অরেপ্পা নৈতনা থোবকইবসে মপাসিদগীনি"।

## গাঃ দঃ মোপাসাঁ শোক ১৮৫০—১৯০৪

### ( পৃথিবীগী অখোইবা ৱাৰী ইবা অমা )

[ ৱারী মচাবু সাহিত্যগী বিধা অমা ওইহনবদা অঙনবা মতমদা মরুওইবা খোদাং লৌখিবা লেখক মোপাসাঁ ফ্রান্সতা পোকখি। মহাক্কী পুন্সিদি য়াচন যাওদবা শংগালগুম্না লমহেন-জুহেন্না হৌখি। মতাং চাদনা হেন্না নোঙ্গা, ভুম্বা চাবা নিযম লৈত্তবনচিংবা কয়াদগী মহাক্কী হকচাং ফংলকখিদে। মমৈদা যান্না ৱানা মীথুংশঙ অমদা নোক্সাখি।

মোপাসাঁনা ৱারী কয়ামরুম ইখি। মহাক্কী ৱ বীগী অরোইবা শরুক্তি অঙকপনা থল্লি। পৃথিবীগী অইবশিংদা মাগী খুৎইগী মমি তাই। "মঙলা তাইবঙলা" হায়বা বাবী অসিসু মহাক্কী অঙকপা থোদোক্লা লোম্বা ৱারী অমনি। ]

# মঙলা তাইবঙলা

মোপাসাঁ ( ফ্রান্স )

ঐদি মাবু নু শিবনা অঙাওবগা মান্নৱে। থম্মোয়দা মসিগুম্বা ঈথিল-ৱাখল অসি কবম হায়না পোকইবনো? অস্নুক চাউথ্রবা সংসাব অসিদা ঐখোযগী মিৎয়েং, বাখল অসি কনাগুম্বা অমদা পুন্নপ তাশিন্লিবসি কযাদা ওকথ্রবা থৌওংনো? ঐখোয়গী

পুক্নি দা অমথক্তুগী য়াথলহৃদা মুংঙাইবা পোক্কই। থম্মোয়দা অমথক্তুগী আশা থম্মী। চিনবান্দা অমথক্তুগী মিং শোল্লি। মিং অহ্ থরায় য়াওনা অরেপ্পা লৈতনা নিংশিংঙি। লাইখুরম্বা মতমদা মিংথৈ শোনবদোনা চীংগী লোকচপ্তুগী চেম্বুরকপা লাইজগুম অতংপা লৈতনা শোল্লি।

তশেংনমক ঐ অঙাওবগী পান্দমগুম মহাকপু মুংশিবম্মী। ঐ য়াবী অসি অদোমগী মফমদা শম্দোক্লা লীবস্থ ঙমজরোই মরমদি মুংশিবগী য়ারীসিদি মফম মতম থুদিংমক্তা ইমান-মমায়বনি। ঐনা মহাকপু চহি অমফাওবা ফিভম অসিদা য়েংহুন্না লৈরম্মী। ঐ মহাক্কী মওং মতৌ, শাজং য়াঙাং পুম্নমক্তা থম্বা লুপ্পম্মী। মহাক্কী কাইহৌবা মীংয়েং পুক্লিং হুনবগী মশক ওইববা শাথেক অমস্তুং থোয়থুম্নববা বাইহ বাতা অহুদা ঐ পুম্মুন মুনখ্রে। ঐনা মহাকপু থরায়দগীস্থ হেন্না মুংশি। মডোন্দা য়োংচবীগুনা চিংশিনবগী শক্তি লৈ মহুনা ঐবু পুন্দুনা থমখ্রে। খুম্বা হাং-কোরা চনবগা মায়খ্রে। ঐ জ্ঞান পুংমা মাঙখ্রে। অহিংনি মুংথিম্নি হাযবা খংজিল্লক্লে অমস্তুং ঐবু সংসারসিদা লৈরিব্রা নত্রগা সুন্দ্রংদা লৈব্রা হায়বস্থ খংদ্রে।

অহুবু ওস্তোকপনি। মহাক খ হৌদনা লৈখিদ্রে। করমদোনা? ঐ ইশামকস্থ খংদে। করম্নস্থ খংগদৌরিবা? মুমিদা য়াইদম নোং তাবা মুমিং অমদা মহাক ইচোং চোংনা ময়ুমদা হল্লকখি। মথংগী মুমিংতদি মহাক নিংথম চন্দুনা ঙমদবা হৌখ্রে। হাপ্তা

অমরোম অহূমতোনা লৈরম্বদগী অনৌবা হেক্লিল্লকুনা মঙাক লৈখিদবনি। মতমতুদা ডাক্তর লাকই, হিদাক ইরম্মী, নর্স লাকই হিদাক লাংথক তৌরম্মী অহূগা চংখি। মাগী মথুবাক অহূ মৈমুক শাই। মমিং ঙাংশং ঙাংঙি। মকোক অহূ চাক-থেকপাদৌনা শাই। অহূবু মশক অহূদি ফিভম ইকায় কায়দে। ঐনা মঙোন্দা ব্রা হংঙি। মহাক্কুন্থ খুম্মী অহূবু কবি হংঙি কবি করি খুম্মক্কী হায়বা ঐ মুবনিং নিংশিংদ্রে। মরমদি স সারগী পোং পুন্নমক ঐগী কোক্তা মিংশিংবা লৈদ্রে ঐ লোইবা কাউদ্রে। ঐনা নিংশিংঙিবা হায়বদু মহাক্কী অবোইবা মিংশা শোবগী মখোলক্তনি অহূদগী মঙাক য়াইখী মা দ্রে মহাক্কা অরাইবা ওইনা করি হায়রম্বা লল্লগা হায়খিনঙম্বা হায়বদু মুকথ খংদ্র।

নস অতুনা নিংশাশোর মপী হোল্লম্মী অহূবু রান্দি ঙাংদে। ঐ খংদে— লোইনা খংঙে। অসিদগী হেনবা ঐ খংদ্রে। পাদম্মী অমা লকই মানা ঐঙোন্দা হংঙি— "লৈত্রিবী মুপী অসি নহাক্কী নু শিনবীবা" ?

ঐ পুক্লিংদা বারৌরে— শিরে হায়রুনা মীবু থোওইদনা পথি থিজিনবগী করি অধিকার লৈ? ঐনা পাদবীদু লাক্কুনা ইপ্লোকখ্রে। অতোপ্পা পাদম্মী অমা লাকএ। মহাক্কি খব ফবা মীওইনি মহাক্কা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিনা পুক্লিং কাথবিরগা ব্রা খরম্থু হংঙি। ঐগী মিংঙ্ক্তগী পি তাখিবা খংহোদে। অরোইবা সংস্কারগীদমক পোংচে লাক্কশিল্লে। ঐঙোন্দস্থ ব্রাংতারে। ঐ

ভ.ব ভাকে। ঐনা উক্কিবক্কি মাগী [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]
'মহুতক্সি [illegible] কচ্চা নুংশাঙা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]
ঐবা ভাকিবনা।

মহাক লৈয়োন চমদ্রে। লৈবাকা তিমদ্রে। ঐগী নুংশিবদো লৈবাক ওনদ্রে। অয়োইবা মতমহুদা মী য়াম্না তিল্লমদে। মক্কুবা মক্কুপ মপাং থবদমক য়াওই। ঐস্তু কোয়চং চংভুনা লৈরম্মী। মথংগী নুমিংতদি ঐ লংঙৈ অমদা চংলম্মী।

ঐ পেরিসতগী থুংডরে। বা মন্নুংদা লৈরিবা কমুং কাম্বুং ফয়নিচব অমদি পোংচৈ পুম্নমক মুন্না য়েংশুবদা মথয়াক্কমমি চেনখিনগুম উরম্মী। ঐ বোকথক্তা ব্রজ ভাবদোনা য়াম্মে। পোংচৈ ময়ামহুগী মমাংদা ঐ লেপ্পা ঙমদ্রে। ময়ামশিংগী ভু নফম ওইহুনা মহাক লৈবম্বনি, পোংচৈশি অমিগী মচেক ময়াদা অমদি মচি মক্কুমদা মহাক্কী নিংশাংশ য়াম্হু লোংতুনা লৈবম্বনি। ঐনা চংল্লগে হায়রুনা টুপী প মথংলগা থোংজোমদা ওন্থোরকপমক্তদা শকয়েংঙমিংশেল অচৌবক্কু উরে। মক্ক মহাক্কা চংলমদাইদা মফি ময়োল মোংপ্রা নক্লপা হকচাংগী খিল্ডম কাম্নবা থেংনমবা মকমতুদা থম্বনি। ঐ ভাইহাক মিংশেল মমাংদা লেপ্পে। মিংশেল অসিদা মহাক্কা অম্মুক তোয়না মমিহ্ন থেংঙম্মী মহুদি মিংশেল অহুনা মাগী মমিহ্ন ফাজিন্নুনা থম্নগুম মশক্তু ভাম্নবা লৈরে। ঐ হকচাংসি থক্কুথক্কু নিক্কুনা মিংশেল্দা মুন্না য়েংলুনা লৈরম্মী।

অৱাংগী মথৱাগ পান্নবা মিংশেল অহুনস্থ মাগী শক্তম অহু মমি শঙইনা কাজিন্দুনা থমী। মস্তী অহুম্না ঐখী লাংঙক্লনা থৌম্নাংঙবা মিং অসিনস্থ মাগী শক্তমহু কাজিন্দুনা থমলি। ঐনা মিংশেল অহু শোকতুনা য়েংবদা তই তইংঙি। অৱাংবা মিংশেন্দুনা ঐহু ইনৌ নৌনা মহাকপু নিংশিংহল্লে অমুক নৌহৌনা অৱাবগী ফিভম ওইহল্লে। অমুক মমি উরম্মগা অমুক মুংখিবা মিংশেলদোঙুম তৌবা থম্মোয় পানবা মীওইশিংসি কয়াদা মরাইবক কথ্রবনো কনাগুম্বনা য়েংঙগা মমি তাই য়েংগ্রগা তাদে। অহুঙম্না মখোয়গী থম্মোয়দগিদি হৌখিবগী ৱা পুম্নমক কাউখিরমগনি। ঐগীদি মহু নত্তে হৌখিবগী ৱারী পুম্নমক নুংশিবা ফারবহু ওইহুনা থেন্দুনা লৈরে মাগী শক্তমহুনা অপাম-মুংশিগী মখি ওইহুম্না তাহুনা লৈরে। ওস্তোক্লা বারেবা ঐহাক্তি।

ঐ মুখদগীদি থোরক্লে। কম্নিমত্তা খল্লুবা লৈতনা ঐ মোংফমদা চংলকএ মকমহুদা ইচম চম্বা মোংফম য়েংঙি। নুং অঙৌবগী মপাক্তা মাহৈ পরেং খর হক্তুনা থাবা উই—"মহাক্লা মহাকী নুংশিবহুৱ য়াম্না নুমা নীংজম্নগী মহাকী মুপাহুনহু মাবু মাম্না চানবিরম্মী অহুবু মুপীহু লৈখিদ্রে"। মোংফমহুদা মভম খর য়াহিপ তাম্নগা মহাক লৈবাক্তা তিম্নম্মনি, মশি কয়াদা ৱাগ্রবা ৱাখলনো। ঐ নুংশামপী হোম্নগা লেগু না লৈরে। কোক পারহুনা কপ্পে। খর খর মমশিল্লকলে। ঐ অঙাওবদৌনা তৌরম্মী মহৈ য়াগ্রবা অপাম্বা থুংদ্রবা প্রেমী অমনা

তৌবগুম। ঐ অফিং মোংশোইবা থুকথুদক কুম্নগা মকমহুদা লেপ্পসিন্না থম্লগী।

অহুবু মোংফমহুদা অহুম্না লৈবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। করি তৌসিগে থম থম অশি লৈবাক্তুদা ঐ কোয়চৎ চৎলে। মসিদা লৈরিবা ফিভমগা অহিংবা স স,রগী কিভমগা কয়াম্নী মতিক খেয়বা? ঐখোয়না অরংবা অরাংবা দলান পাম্মী, অপাকপা অনানবা লম্বীদা চংনিংঙি। মী অমম্না মোংকম্নসিমুক পাকপা লম পাম্মী। মসিদদি মীরোল মল্লিরকী অশিবখে শৈরোল চনগ্রবনি। ঐখোয়না সংসারগী পোৎ-চৈ পুম্নমক শিজিম্নবা পাম্মী।

ঐখোয়গী সভ্যতা অমস্তুং স ক্কতি পুম্নমকপু শেমগৎপিবগা অমস্তুং লমজিংবিরম্বা অহল-নমন ইপা ইপু ময়ামগীনি হায়হুনা থাকইবা মফম অসি কয়াদা পীকপ্রবনো। মখোয়গীদমক ঐখোয়না করি থজবি? ইংখোল লমজাং মচা অমখক থগৎপীরিবসি মঙায়বে। ঐখোয়না মখোয়বু নিংশি বিদ্র। পৃথিবী মাতানা মখোয়বু থাগোম্নবিদ্রে। ঐখোয়মদি থোওইনা কনবিদ্রে। অকাউবগী লমহাংনা মখোয়বু য়োংশিনদ্রে। ঈশ্বরনা মখোয়বু থোজানবিবা ওইসনু।

মথং মথ, কোয়রকপনা ঐ মোংফম অমনবা সোরে। মফম অসিগী মোংফমশিং লোইনমক মচেৎ মচং কায়গ্র। অশিব-শিংহু লৈবাক চনগ্রে। মথক্তা য়ুংবা উ কারেন অনস্তুং উবাকশিং

লোইনা কিম্বগে। মমাক মনাক্তা উপাঙ্গী, নৈং মোঙ্খোংদা হোৌগংলবলে। অংশৌবা মোংফমদু অমুক তেংথাক্লে। মফম অহূ যাম্না চিকখ্রে। মফম অহূবু অসিবগী শরু শর্রা না ডাক-শোল্লি। ঐ ইতোমতনি উপাল অমগী মথক্তা কাখংলে, অদুগা অকুপ্পবা উশা মরক্তা লোংতুনা লৈরম্মী। বনাগুম্বনা অত্তেকপা অহাঙ্গী মথংদা কাখংলগা চেংনা কোনবগুম ঐ উশাহুদা চেংনা কোল্লম্মী।

অহিং ওইশিল্লক্লে যাম্না মমখ্রে। ঐনা মথক্তগী বুমথরগা অশি-লৈবাক অহুদা কোয়না চংশা হোৌরে। ঐনা মহাক্কী মোংফমদু থিরম্মী অদুবু থিবা যাদে। থুকথুদক বুন্দুনা চংলগা খুংনা মাহুনা থিবা হোৌরম্মী। মে ফমগী নুঙ, অপংপা লৈন-চিংবা পোং পুম্নমক মিংত্রাংবদোন। মা-ম দুনা থিবম্মী। নুঙদা হকইবা মমেকশিংদু খুংনা মাহুনা পাবা হোৌংনৈ। অফিং শক্তা মমখ্রে। ওত্থোকপনি! মহাকপু শিবদি যাদে। নীবা কাযাব।

থাম্বু থোক্লে কয়াদা অখিবগী মশক ওইগ্রবা অহিংনো! ঐ মত্তৌ খীনা কিরম্মী। মোংফম মবক্তুদা লৈবা থুবনা লম্বীহুদা ঐ হেক্লে। মায়ৈগে মরিমক্তা মোংফমগী মোফম ডাক্তা লৈখ্রে।। থুংনা চংশদু ওম্বপোংলগে। বমনখ্রগুনা ঐ মোংফম অমগী মথক্তা যম্মে। হকচাংগী লুতাং পুম্নমক চিক্ চিক্ লাউখ্রে। ঐগী নিংদোন তি, তিং চোংবহু ঐ তরে।

খংহোৌদনা অঙকপা মখোল অমা তারম্মী। এঃ কদোমদগী মখোম্নো? ঐগী থুককংখ্রবা থম্মোয়দগীরা? অশিবা মযাম

কুমগ্রবা অচিকপা লমহাংসিদগীরা? মাস্বগৈ মরিমক্তা য়েংঙে। য়ম্না কুইনা মথোন্দু তারম্মী। কিমনগ্রহুনা ঐ খোঙ থাংজ্রে। কোকথক্তা ত্রজ ত'বরুদোঙুম তৌরম্মী। ঐ শিখা তারমাক্তে খন্দুনা কম্না লাউরম্মী।

ঐনা ফম্মিবা নৃ হু লেংঙ'বাই নীংঙে। তশেংনচক লেংঙে। নূংপাক অহু চেপখংলক্রে অহুগা চুম্না য়ুংখংলকএ। ঐ কম চোংখোরকপদা অতোপ্পা মোংফম অমদা তারে। নূং য়ুংখংলকপা মো ফমহুগী মনুংদগী অশিখা মী অমা খোরকখলা নূং অহু মক্তা তোংডাম্না ইংথোক্লে। হুম্মিদাংঙু মমনি মশী অহুম্ মক্তী নূংপাক্তুদা হুকইবা মথেকতুদি ঐ শেংনা উরম্মী— "মসি জেক্ন্যাস ওলিবন্তগী মোংফমনি মহাক চহি ৫১ শুরকপা মতমদা শিবনি। মহাক থোজাল হৈবা মপা অমনি। মাঙি নুপীবুসু চাগ্ন' মুনা তৌজরম্মী। মহাক মবুক শেংবা অকঙা লমচং চংপা নিপানি। মহাক শিরে। ঈশ্বরনা মহাক্কী আত্মা হু শান্তি পীবিসনু"।

অশিবহুনা মাগী নূংপাক্তা ইরিবা ৱাহৈশিংহু পারে। মহাক্কা মচিন তুম্না নূং অমা পায়রগা মথেকশিংহু হান্দাকহুনা মুথংলে। অহুগা অঙাংনা মৈখেং মচৈ পায়রগা ফক্লাংদা ইবদোনা খুদোঙ্গীনা ইবা হৌরে— "মসি জেক্ন্যাস ওলিবন্তগী মো ফমনি। মহাক চহি ৫১ শুরকপা মতমদা শিবনি। মাগী ফঙবা থবক কযামুক উবদা মপাহু খাংবা, ঙমদহুনা যাম্না নৌনা শিখি। মহাকপু মপুন্সিচুপ্পা নুপী অমসুং অঙাংশিংদা অত্যাচার তৌরম্মী।

মহাক্না য়ুমলোম্নবা কৈরোই-লৈকাইগী মীশিংদা মথধাক কয়া তৌখি। লুৎ-পাং কয়া তৌখি। অদুনা মহাক রাম্না কন্নবা অমদি অত্তোনবা ফিভমদা মীশি চাদনা শিরে। ঈশ্বরনা মহাকপু মীচৈ পাঁবা ওইসনু"।

মহাক্না মত্ত ইবা লোইরগা অমুক পারম্মী। ঐ মায়গৈ মরিদা লৈহুনা যেংঙম্মী। মোংকম থুদিংমক চেকখায়রে। অশিবা পুম্নমক মাগী মাগী নুংদা হায়া ইরম্বশিংহু মুথংলগা অশেং অশেংবা থৌদোক ৱারীহু ইনরম্মী। ঐনস্ত মখোয়না ইবশিংহু পারম্মী। মখোয়না অরান-অরানবহু মুথংলগা অচুম অচুম্বহুত্ত ইনরম্মী। হায়া ধর্ম্ম লৈবা, লমচৎ ফজবা নুপা, লমচৎ ফজবী নুপী, মিন্নুংশি থংবী লৈশাবী, তুংদা ফরক্কদবা অঙাং, পুকচেল শেংবা মহাজন ওইবম্বশিংহু হৌজিক্কি— মীনম্মা অরানবা তৌবা, হুরান চিঙ্খিবা লমচৎ চুমদবা, মীগী মাংনবতা তৌবা, তুক্কচনিংঙাই ওইবা লমচৎ চৎপা চৎপী ঙাক্তা ওইরক্রে। অসিবশিং অসিনা মত্তমচুম্না লেরগদবা মশাগী লৈফমহুদা কন্নবা কিনিংঙাই ওইরবা অশেংবা ৱাবী-থৌদোক ঙাক্তা ইবক্রে। তশেংবা থৌদোকশিংহুদি তাইবংপান্দদি থ নবমদ।

ঐনা বাথল তৌরম্মী— ঐগী চান্নবীহুনস্ত করিন্নো থবদি শোয়দনা ইরম্মগনি। ঐ কিবা থাদোক্রে। অহুগা ফিঙৌ ইনবা অসিবশিংহুগী মবক লিংতুনা ঐগী চান্নবীহুগী মোংকম খিবা চংলকএ। কংগনি হায়নস্ত থাজবম্মী। অহুনা মমৈথংদদি

ঐনা মহাকপু উরে। মহাকী মায়থোংদু য়াম্না মস্তরম্মে অদুবু ঐনা মাবু হেক্তা থংডি অদুগা মাপী নুংথক্তা ইরিবা মরেক্তুম্ব উরে।

"মহাক্না মগী নুংশিজবা নিপা২বু নুনা খঞ্জরম্মী। মহাকী নুংশিবদুমক্তু মাবু য়াম্না নুংশিজবম্মী, অদুবু মহাক শিরে"। ছৌজিক মদু মুথংলগা মদুগী মফমদা অস্থুম্না ইবম্মী— "নোংমা মহাক্না মগী নুপাদুবু নমথক তৌরম্মগা অতোপ্পা নুপা অমা উনবা চংলুই। মহাক নোং চোংতুনা ঈংবদগী নিংথম চন্দুনা নবে। অম্মনা মহাক শিরে"।

মথং নুনিংবী অয়ুক অঙনবদা মী থরনা ঐবু মোংফমগী ন্দ ক্তা ঙাম না হুনা পৈরম্বদু লেংনখি।

## করোলী কিসফলুদী শোক ১৭৮৮—১৮৩০

### ( হংগেরী সাহিত্যগী অথোইবা লেখক )

[ করোলী ভাংশংবদি নতককাবনি মহ ক য়ম্না ফজবা ম্ব য়াঁস্টু। মহাক মীওইবগী লমচংকী মরমদা যাম্না নুপা র খল খল্লবা মীশক্কি। মীওইবগী অকনবা অমস্তং অথোংপা রাখলগী মরমদা মহাক্কা য়াম্না নুপা নৈনরম্মী। মহাক্কী কল্পনাদগী থোকপা থৌদোকশিংদা অশেংবগী মশক উবা ফংই। মহাক্কী পাত্রশিংগী কল্পনাগী ওইরবস্থু বারীদি লমচংবী অচেৎপা যুম্ফমদা হৌবা ওাক্কনি। 'মশক উদবা চৈনাখোল মফম' হায়বা রারী অসি অলোচকশিংনা হায়নবা অথোইবা-অফবা গদিংমক য় ওই। অতুমক ওইরবস্থু বারী হৌবদগী লোইরব ফাওবা অক্লিংবগা মায়ে ]।

# মশক উদবা চৈনাখোল মফম

করোলী কিসফলুদী

মমিং চংলবা ডাক্তরনি মহাক্না অমুক যাংফদ্রিংগী অনাবা অমা লাকএ অদুগা পাউ পীরদে করিগুম্বা মিনিট অমখা ওবা থেংথরবদি ফিডম চাদবা য়াই। ডাক্তরদু য়াম্না ফিংনা হৌগৎলে মফি হোংদোক্লগা মীনাইদুদা য়াথং পীরে—"অনাবদু মনু দা পুশিল্লকও"।

খুংঙরিবা রিপাহু ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মী মাল্লি। মাগী মায়থোংদা মকশিল্লিবা অমস্তুং পাখংপগী মওহু উবদা হকচাংগী লায়নাদি ম'ক্সে মহাক্কী য়েংথংবা মখুংকী খুজেংদা ফিনা পুক্লিল্লী মহৌরুদি য়াম্না কম্না খাওজে অহুবু মচিন্দুদা চৈনাখোল ফমগী খোল্লাও হেক হেক থোরকখি।

"অমুক্তা লেপ্লিনবিয়ু অদোমগী কর্রি সেবা তৌসিগে"? ডাক্তরনা হংঙি—

"ঐ হাপ্পা অমা ফারে স্নুকতুম তুম্বা য়াদবা ডাক্তর। ঐগী য়েংথবা পুংতা অনাবা অমা লৈ মসি কেন্সর ওইরমগত্রা নত্রগা কবম্বা অকিবগী মশক্ক ফংলবা লায়না অমনো ঐ ভাস্ব ভুদ্রে। অহুগা করি তৌরবনো হায়বস্তু ঐ খংদে। অফামবা থোংগংলক্লপদদি ঐ কম্না থৌশাক্কদে অহুবু থৌজিত্তি চিংপনা খাউনা ভনদ্রে রিপ থুদিংগী মসিনা ঐব চাবা হৌবে। খাঙবা শুমগী চা হেনপ্রে। ঐনা সহম্ন অদিদা লাকইবসি নচৌন্দা অনাবসি যেংহন্নবগীদমক্তনি মসিনা পুং অমগা চোন্তনা নরবদি ঐ ভাওহুনা চংপা তারে। ঐনা হায়রজিংবসি— মকম অসি যাববদি কোংথোক্রগা লংশেকপিগ্রো নত্রগা মৈ থাদোক্কপিয়ু নত্রগা কবিনো পাম্বে অমা তৌবিহুনা অনাবসি কোকহনবিয়ু"।

ডাক্তরহুনা অনাবহুবু মপুক্লিং থোগংনহুনা হায়— "এ! মসি ককথংথেহতংপগী দরকার নৈতেদা"।

"নত্তে! নত্তে! মসি ককপিয়ু মারিবা চিকইবা শরুক মখম অসি ককথংলগা লোথোকপিগ্রো। ঐনা নভোন্দা লাকচরিবসি

মসিগীদমকনি। মস্রি নক্রবদি অতে লাইয়েংনদি কাম্নরবোইবে।"।
মহাক্না য়াম্না তপ্না মখুদাংদা পুল্লিবা কিশিঙ্থু থোকঅগা হায়রকই—
"ঐ নঙোন্দা অমুকস্ত নিংশিংজরী নহাক্না ঐগী খুদাংসিদা অউবা শোক-পনবগী মকম লৈতে হায়না চি নবিন্থু। ঐগী অনাবসি থাঙ্গেংশোংনা অঙকপা অমনি"।

ডাক্তরগুনা 'অমুক্কস্ত তপথহল্লঠুনা হায়— "ঐদি নুঙিগী অঙ্কপাডাক্তা উঠুনা লৈরবনি অঠুনা ঐহোন্দদি করিগী অমুক অঙকপা ওইরুনি"। মসি হায়রগুনা ডাক্তরনা মাগী পুং অঠু মুম্না য়েংঙে অমূকস্থ হাইঠুনা নোমঠুনা য়েংঙি। ববিস্ত থোইনা কায়বা লৈতে। মচু ওনবস্থ লৈত্তে ইফ দবা শং অঠুগা অঠুম মাগ্নে। অঠুবু নিপাঠুদদি অকিবা ঋংনা নাবা অমা ফাওবি। ডাক্তরনা ওয়থংবা মখুং অঠুগা পায়ক্লগা খুবাক অনিক্ক খুজিম্নরম্মী মহুনা নিপাহুনা নামনগ্রঠুনা খংঙ্গাউ লাউবম্মী।

"নহাক্নী নারিবা মকমসিবু কদাইরাঙ্গদনো"? ডাক্তরনা হংঙি। মহাক্না খুদাংগী অচৌবা শিংলি অনিগী এবক অহাবা মপাক্তদা থিন্দুনা তাকই। ডাক্তরনা খুদোঙ্গীনা মকমঠুদা শোক-উবদা নিপাঠুনা মখুংতু খংচিং চিংথোকখি।

"অঠুদা ওইরে নারিবসে"?

"হোয়, মালি মসিমক্তদনি অ'যা! শিবে, শিরেদনা ঐদি'।

ঐনা খূদোঙ্গীনা শোকপঠু নহাক শেংবই হায়বা খংত্রা"

অনাবহু করিমতা খুমদে। অঠুবু মমিংবী মপিঠুনা পাউখুম পিরম্মী। মহাক মপি শিন্থবম্মী।

"য়ায়া ঙকপ্রবা য়ানিদা। ঐদি মকমসিদা করিগুম্বা অশোয়ব অঙাম অমতা শৈবা উদেনে"।

"ঐস্মু অশোয় অঙাম নত্রগা অকায়বা করিস্মু উজদেনে ডাক্তর! অদুগ্ন চৈনাখোল ঙসিদি অস্মুম হেক্তিল্লকই। ঐ য়ুমদা হনখিবদা ইশাগী য়ুমদি য়ৌদনা ঈশ্বরগী য়ুম য়োরগদমাল্লে"।

ডাক্তরনা অমুক হন্না কুপ্পা য়েংঙে। তুবীনকাস্মু শিঙিরৈ অনাবদুগী অঙ্গ-অশা কুপনা লৌরে। মবোক অদু নোমদুনা য়েংঙি।

"নহাক্কী উনশাদা করিগুম্বা অকায়বা লৈতে ঈস্মু চুম্না চেল্লি। পোনখং খোংকংপস্মু য়াওদে। নহাক্কী থুং অসিস্মু ঐগীগুম্না অদুম তৌই করিস্মু শোয়দে"।

"মসিদা দাকযম অমা লৈবসিগী মনাক্তা থবা ঙাংশিনবগুম তৌবিবসিনা ওইরমাল্লে"।

"কদাযদা"?

অনাবদুনা খুদাংগী মকমগী শকক্তা শেল ময়েকমুক চাউনা কোইবপ কোযনা যেকলগা হায়— "মসিদনি"।

ডাক্তরদু। নিপাদুদা মুনা য়েংঙে। অদুগা মবুক্তা থল্লি— 'ঙসিদি অঙ'ওবা অমগা লাপ্পা তৌবা তারমাগল্লদনা'।

"নহাক মহৎ অসিদা লৈবা তাবে। শুমিং থরগী মতু দা ঐ নহাকপু লায়েংবা ঙমগনি— ডাক্তরনা হায়।

"নত্তে ডাক্তর! ঐ মিগুপ অমযাওবা ঙাইবা ঙমম্রবনি। নহক্তা ঐবু অঙাওবা ওইনস্মু খনবিগনু। অদুগা চোইরোম

পারোল লৌনবগী ফিভমদা লৈৱবনি হায়নস্থ লৌবিগনু। 'নশক উদবা চৈনাখোল' অসিনা ঐবু ওম্পোক্লা রাহল্লবনি। ঐ নঙোন্দা খুক্লমজরি— "মফমসি শরূগা কোম্লনা ককথংপিরো"।

"হুঁক। ঐ ঙম্মোই" ডাক্তবনা খুম্মী।

"করিগী ঙম্বিরে ইদোবা"?

"মরমদি নহাক্কী থুং অসিদা অশোয়বা অমত্তা লৈতে। ঐগী থুং অসিগা অমহানিনে"।

"নহাক্লা ঐবু অঙাওবনি হায়না খল্লমগল্ল। নহুগা ঐ নঙোন্দা তাং-তৌবিবনি হায়না খল্লব্রা"? নিপাত্থনা ফুরিং-খাউদগী লিশিং অমগী নোট প্রথাবকঅগা টেবল মথকতা থম্মগা হায়বমই "নহাক ঐগী বাফমসিদা করিমত্তা চি নবিনু। মসিগী দমক ঐ শিশিং অমতা কংচগে হৌজিকমক ওপারেসন তৌবিদবা য়াদে"।

"হুঁক। নহাক্লা সংসারগী লনথুম ঙম্মক পীগ হায়বস্থ ইক্ষ ফবা, অনাবা লৈবা উদবা থুং অমত্তু ককউ হায়বসি নৌ তৌবেই"।

"করিগীনোনে? নহাক্লা তৌবোই হায়বিবসিব"?

'নবমদি মসি ঐগী শিনফমগী ওন্ন তৈনবা থবক্নি। সংসারবনা নহাকপু অঙাওবনি হায়বসিম, হায়রনি। অত্থুগা ঐবুস্থ নহক্কী অশোনবত্থদা খুদোংচাবা লৌবে হায়বসিমস্থ খোকঅনি। মী শবনদি— কবম্বা ডাক্তবনো অনাবা লৈ নল্লগা লৈতে হায়বা, ফাওবা খংদবসিবু হায়গনি"।

"য়াম্ন করে। অহুদি ঐ নঙোন্দা রা অমত্তদি হায়জগে, খুং অসি ইশাজা ককথংচরগে। ঐগী ওয়্থংবা খুং অসিনা থবক অসি কজনা তৌবা ঙম্মায়দবনিনা লেম্থংগ্রবা মতুংদা অশোকপা মকমশিংহৃক্কী সেবা অচ্চত্তদি নহাক্না থম তৌবিয়ু।

ডাক্তরহ্ যাম্না ওকপ্রে। নিপাহ্দি যাম্না অত্তই-তামা হোংনরম্মী ক্লোট লৌথোকএ। ফুরিং খুদাং থেককংলে। ফুরিংখাওদগী খাংমচা পুথোরক্রে। ডাক্তরনা খাম্বা নংহৌদে অনাবা মকমহুদা খাংনা হেক্কা থিন্নে।

"ভাইখোনে"! ডাক্তরনা লাউরকই মরমদি মানা শেরাম-তুরান শিংলি ময়াম ককথংখিবা তাবে ফাবনা নুংশা থীরম্মী। অংনা তত্তাই কদ্রে হায়রবদি ঐ কোংথোক্লবা তৌগে। মহাক্না ওপরেশনগী থৌরাং তৌবে। অত্তুপা নিপাহুদা মমাঙ্গ লৈ-থোক্লনা লৈনবা পাউতাক পীরে। মরমদি মী অরাম্বনা মশাদগী থোরকপা ঈ উবদা পাখংনৈ।

"মহুগী দরকার লৈতে ডাক্তর" অনাবহুনা হায়রকই "মমম কদাইদগী কদাই ফাওবা কক্কদবানা হায়বদো ঐ তাকচগে"।

অনাবহুনা করিস্থু থৌশাদনা ওপরেশন্দু তৌরন্নে। ডাক্তরগী মতেংহম পাংঙম্মী। মহাক্কী মারিবা কোয়রপ কোয়বা মকমহু ককথংহুনা লৌথোক্লবা মতুংদদি নিপাহ্ নিংশাসোর চনিং তামা হোরে। মরেংবান্দগী লুম্লবা পোংচাও অমা লৌথোক-পিখিবগী মতৌগুম ইয়াং য়াংলে।

"মহাক্কী চিকঅম্বড় ফরব্রা"? ডাক্তরনা হংজি।

"অনাবশিং স্টুকলে লৈব্রে। মহাক্ক। লোকঅদুনা হায়— ঐদি অচিকপড়মথৈ ককথংলগা লংশেকপ্রবোই নীংঙে। চেনাখোল খজিক্তংবুদি লৈ। অদুবু মুংশিং অশাবা শিংলপ্পদগী অঙৌংবা শিংলকপদোনা পুংভাইরে। ঐ অদু খরগা চেপ্তখিসহু মহুনা ঐভোন্দা থুংঙ হৈবা ফাওই।

মফমড় 'বেন্দেজ পুন্সিনখ্রে। অনাবা নিপা'হু য়াম্না হরাওবে মহাক হান্নগী ফিভমড় ওইদ্রে। মহাক্না মখুং প্রমদুম। ডাক্তরগী মখুং পাম্বদুনা হায়বমই — "ঐ নহাকপু কদি হায়না থাগৎলিগে"?

মুমিৎ কনা য়াম্না ডাক্তরড় নিপাডুগা উম্নবা হোটেলদা হেক হেক চৎলি। মহাক্না নিপাড়বু য়াম্না লুনা থৎশী। নিপাড় মাগী খুজংড়দা য়াম্না সম্মান তৌবা মীশক্কি। জিলা অদুদা লৈবা ইনাক-কৈরাক খুনবা মীওইশিংনা মবা লেনরম্মী হায়বশি ডাক্তর অদুনস্থ খংঙে।

অমুম্না মহাক্কী শোককমড় নিথিন। ওইশিন্নবা মতুংদা নিপাড় মাগী খুজংদা হনখ্রে।

নিপাড় হাপ্পা অহুমগী মতুংদা অমুক হয়া ডাক্তরগী মমাংদা থুংঙরে। মহাক্কী মখুং অদুদা অমুকস্থ বেন্দেজ য়েংশিল্লি। মফমড়মক্তদা থপ্পোয় কায়নবগী মশক ওইবনা চেনাখোল অদু য়াওরম্মী। মহাক্কী মাম্বখোংড় খোয়কদৌনা মকশিল্লি।

মহাক্কী লাইবক্তা অহাংবা হুমাংনা চোংলশী। হেক মৌরকপগা আরাম চৌকিদা হিপথরে। বা অমতা ভাংদনা মশুং য়েংথংবহ ডাক্তরদা লাননিশিল্লে।

'হে ভগবান! হৌজিক অমুক কৈদৌরবা? নিপাহুনা নাহেরহুনা হায়—'ডাক্তর। নহাক্কা ওপরেশন তৌবা মতমদা মপুংফানা শেংনা ককথংখিদ্রমাল্লে। অনাবহ অমুক হৌবকএ। হন্দমুক্তি এগী ফিভমসি হান্নদগী হেক্তিয়া ফংত্রে। ঐ অসি তশায় অমা শিরগুম্নি। ঐনা নহাকপু অমুক হন্না রাহুনবদি পাম-দ্রবনি অদুবু ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। ওপরেসন অমুক হন্না তৌবিবা তারে।

ডাক্তরনা হান্নগী দাকথমত য়েংঙে। পুংফুম ফুক্তিল্লে। শিংলি অমতা ফাওবা কাযদে। মশা দা অকামস্ত লৈ'ত্ত ...গন থক থক নিকই।

"ঐ ঙসি ফ'েবো অসিগুম্বা ল'যনা অসি থে'সু-থেংনদি অহুগা খংসু খ দ্রি"। ড'ক্তনা হায়বকই।

হন্দকমুকস্ত ওপরেসন তৌবা তারেপনা হন্নগী মতৌঙুম অনাবহ শেনখলগা লশেবলে। চিকপত্ত নবে। নিপা অনাৱদি কোকএ অদুবু নোকপদি ঙমদ্রে অদুনা খয়া অব না খোঙ্ক্ষেয়া ডাক্তরবু থাগংলে। — "থামুক্কী মতুংদা ঐ অমকা নহাক্কী নক্ষদা লাকপা যাই" মহাক্কা চংনা চংনা হায়রকই।

"নহাক অহুমহায়না কৱিগী খল্লিবনো"?

"ঐনা হায়বিবসি চুম্না হায়বনি। ঈশ্বর লৈ হায়বসি অচুম্বনি অহুম্ভুম্না ঐগী ৱাসি চুমগনি"।

ডাক্তরহুনা অৈত মকপ মপাং ডাক্তর কয়াদা ৱা ৱিসি লীরম্মি। মকৈ মহৈ মাগী মাগী মোৎ পিনৈ অহুবু চপ চাবা লায়না লায়েংদি তাকপা ওম্লদ।

থা অমা হৌখ্রে। অনাবহু লাক্রে। হাপ্তা খবত্র ফৌদ্রে অনাবহুগী মগুম্ভা মশাকী চিঠি অমা লাকখ্মী। ডাক্তরনা খল্লি অনাবহু ক্ষবমান্লে। মহাক্না হন্নাও হন্নাও চিঠিহু হাংদোক্লে। মহুদা ইরম্মী —

"নুংশিরবা ডাক্তর! ঐনা নহাকপু ঐগী অনাবগী মরমদা চিংনবা লৈহন্নিংদে। ঐ মসিগী অখুপ্পা ব রোল অমি পোয়বহুনা শিবস্থ পামদে। ঐ হৌজিক্কি ঐগী তকিবগী মশক এইরবা লায়না অসিগী মরমদা নঙোন্দা ৱাবী শাদোকপা পাম্মে। হন্দক অমুক অঙমলক এবা অনাবসি হৌরবনি, ঐ লায়েংবা পামদ্রে। অহুনা ঐনা অনাবা মকমহুদা মৈতাল অচাবপা গ্রঙাংবহু থম্মে। মহুনা ঐ নঙে ন্দা চিঠিসি ইবা ওয়নি অচাকপা মৈতাল অহুনা তমথিববা অনাবগী অচিকপহু হাংখে ও অমনা ক্ষুঃ ক্ষমবু ক্ষাংপগী পান্দমগুম।

থা তরুক্কী মমাংদা ঐ অসি মুংঙাইনা লৈজবা মীশক অমা ওইবম্মী। সম্পতি চাউনা লৈরম্মী কল্লিগুম্বা অবাংপা অমগা লৈতে। ঐ নহা ওইবগী মুংঙাইবা ঈপাক্কা তাউহনা, তাইবং-পালগী অকে অমৌ পোংচৈ পুম্নমক শিজিন্নবম্মী। লুহোংবস্থ

চহি অমত্তা ঙায়রি। ঐগী নুপীহু মশক খবৈ মীভুংগি খংঙি অমসুং জ্ঞান য়াম্না ভাই। ঐগী নুপীহূনা ঐবু নু শিনা তৌই। মতম অয়াম্বদা ঐবু কিনা খঞে। অম্মা খা তক্লক্কি হবাও তয়াম্না লৈনে। নুমিং খুদিং অনৌ অনৌবা নুংঙাইবগী শাউজেল ঙাক্না লাকঅম্মী। সহরগী চৎলবসু মহাজনগী মনাক্তা ঙহাক্ক পোংথারগা হেক্তা হল্লকই। মহাক মতমলৈবাখিবিক্তা ঐগী ইনাক্তদা লৈজনম্মী। মসিদগী কয়িঙুম্বা মতমদসু ঐভেল্দা নুংঙাইতবা থোকই। মহাক অত্তোপ্পা নুপাগা জগোয় শান্দে। মমঙদা ফাওবা অত্তোপ্পা নুপা য়েংদে। অত্তোপ্পগী য়াখল খনববু পাপনি হায়বা খল্লি। মাগী লমচৎ অসি ইপ, পংবা ইচম চম্বা অঙাং অমগী মওংনি।

ঐ ফজনা হায়দোকপা ঙমদ্রে। ঐনা খল্লি নুপী অসি য়াম্না শিংবা অমদি চাউথোকপা হৈবা জা নি। মাগী শত্তোসি তৌশিন্নবা ওইরমগনি। অম্মা মীওইবনা কবি কবিঙুম্বদা নুংঙাইবা পুন্সিবু মশানা মাংহনজবা অপঙবা থবকসি হেক তৌই।

মহাক্কী অপিকপা ফি-তুমগী মোছিনগী মেজ অদুদা ভূপ্প অশংপী অমা পাল্লি। মদু মতম অয়াম্বদ। শো লোন্দুনতা থম্মী। শো অদু মশাদা লোংতুনতা থম্মী। মসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে। মহাক্না মসিদা কবি লোংলিবনো?, ঐ মসি খংল্লিংবনা প্রোক প্রোক চাকল্লে। মানা ঐবু নুংশিরিবা, নুংশিনবা তৌরিব।

পুম্নমক ঐ থাজরক্লে। পুম্নমক অসি তাং পাং অমদি ওইদবা ঙাক্পা ওইরম্লে খল্লে।

মোংম। মহাক্তনগী মুপীনা ঐগী মুপীহুবু কৌবা লাকখি। মুপীহুনা থেমহুনা ঐগী মুপীসি পুখ্রে। ঐনস্থু মঙোন্দা হাযখি। ঐ মুমিংম্মুংবা মতুংদদি মকমহুদা শোয়দনা লাকমি।

গাঙীহ থেঙ্গাল লানথোক্লমখিবোই ঐনা শোমদা উপু অশংপী মচাপ্ত হাংদোকপা হোংনরে। শো কযামুক শিজিন্নরবা মতুংদা মহ হা দোকলে। ঐনা মাগী পোং চৈশিংহু মথং মথং হেংঙে। মমনা কাব্রংগী খিনা য়োম্বা চিঠিগী বন্দল অমা থোংনরে। মুংশি চিঠি মাল্লি। মহুমকস্থু ওইদম্মে। মনম মুংশিবা গুলাপ মচুগী কিজেং অমনা যোমহুনা লৈনম্মী।

ঐদি কবিমতা শলহৌদ্রে। ঐগী মুপীগী লৈশাব্রিঙেগী অথুপ্পা ময়াম খংনমবা খিগংপা অম্মুক হন্নবা থবক অসি ঐঙোন্দা করি লেমজনিংঙাই ওইবগে? অহুবু খংনিংমনখিবনা মাংওইনখিহুনা ঐনা চিঠিশিংহু পাথোকলে। চিঠিশিংহু হুহোংলবা মতুংগীস্থু মান্দে।

মতাং অহু ঐগী পুক্সিদা খ্বাইদগী তমথিবা মতমনি। চিঠিশিহু পাকুবদা য়াম্না ইকাই খুম্নিংঙাই ওই বা নিপা অম মকমদা ঙাকপিবা য়াদবা মপাল অমা, বিশ্বাসঘাট অমা ত্তৌকবে হায়বসি ফোংদোক্কে। চিঠিশিংহু ঐগা যাম্না নকুবা মরুপ অমনা ইবা ঙাঙনি। চিঠিশিং অহুদা য়াওরিবা রাহৈ রাতাশিংহুদা থম্মোয় শোক্না মুশিবা অমস্থুং অকুবা হকচিনবা রাখল য়াওই।

ঐগী মরুপ অসিনা মসি কমদোনা লোংলিবা। মহাক্তি মতম অয়াম্বদা নুপাগী অপঙবা মতৌসিগী মরমদা ৰা ী শাহনতা লৈবনি। চিঠিশিং অহুদা ঐগী নুপীবু ঐঙোন্দা মমথাক তৌহন্নবগী অঙকপা থোও' কয়া তাকই। চিঠিশিংহু নুহোংঙবা মতু দা ইবা ঙাক্তনি। ঐ অসি কযাদা পঙথ্রবা মীনো ইতোমতা নুং-ঙাইরে খল্লুরিবসে। ঐনা হু অহু লোইবা ফাওবা থক্তোক্লে। ক্সান্নদোম্না চপচ নন যে মশিল্লগা থম্মে। উপূ মচাহু শো অমুক লোনশিল্লে।

ঐ নুমদা বাই ফাওবা মহ জনগীদা চৎলুত্রবদি মহাক শোয়দনা হল্লকনি। অহু াক ওইরম্মী। মহাক হল্লক্লে। হন্নাও হবাওনা গাঙৌদগী কুমথবল্লগা ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লকখি। ঐঙোন্দা কে মহুনা হরাও তয় ম্না ৰাৰী শাৰা হৌই। ঐনস্থ চপ-চ না নু শিবগী মতৌ ঙংলি।

ৰারা ঙাইহাক শ বে। চাক চামিন্নরে। নুতিগী মতৌগুম মাগী মাগী ব দা চ হনা তুম্ন'ব। মতমহু ফাওবদা ঐনা ঐগী থবক থৌরম শীনবা লোইবে। ঐঙোন্দা অঙাওবা লাই তোংখ্রে। মহোশা খুংশোপ লাইবেম্নীনা ঐবু অস্থুক্কী মতিক কিনিংঙাই ওইরবা পাপ অসি লংজো হাযনা কবিগীদমক যাথং পীরিবা। ঐ অহিং নে থাইদা মহাক্কী বাদা চংঙে। মহাক্কী নিংথিজ বা অমদি নৌ বা মায়থেংহু যে ডি। মহ ক কন্না তুমথক্রে। ঐগী হকচাং অমদি থবায় ঙম্নমক হু না কুপথ্রে। ঐনা ঐগী যেংথ বা খুং অসিনা মাগী মখোবিদা চুম্না থম্মে অংগা াঙ্গল থাহনা

মেংলে। অমুক্তংদি মমিং পা থোক্লগা য়াম্না ওক্লা ঐদ্রে ন্দা শেংঙম্মী অহন্‌গীদি অহুমক উইশিনখ্রে। অমুক পাংথোকলদ্রে মহাক্লা মথরায় কন্নবা ইস্থোক্লবা নাস্থোক্লবা করিমতা তৌরমল্লে। ঐগী খুত্তা মশানা য়ানা হবাও হবাংনা থব য থাদে কখ্রে। লুংঙাইবা মওগী মতৌগুম চংখ্রে। মাবু হাংলিবা ঐঙোন্দা করিমত্তা ৱাকংলমদে। মহাক্কী য়ান্নদগী ঈ নবিক অমধক চো থোরকখি অদুগা ঐগী খুংতা তাবম্মী। ঈ তাখিবা মফমদু নহাক্লা খংবিরিবা ঐগী খুদা গী মফমদুনি। নে ঙাল্লকপদা ঈং মবিক অদু ফমজিল্লম্মী। ঐখোয়না মহাকপু মোংফমদা পুরগা হৌনবী মতুংইন্না ফুমজিনখ্রে। কনানস্থ আপত্তি তৌবা লৈখিদে। ঐ খূঙ্গং অদুদা লেবা অমতা ঙ যবা জমিন্দাবনি। খিবিনবা হ বিনবা সবকাবগী যন্নাইবা কনাস্থু লৈবপোং নত্তে। অদুগস্থ কনামতনা চিংনবস্থ তোখিদে। ঐ মহাক্কী মপুরোইবনি। মহাক্কী শাগৈ নাতৈগী মী অমতস্থ লৈতে হংবি হায়বিনবা। ঐনা খবরদ। মহাক লৈতবগী পাউ অসি ফো দোক্লে মবমদি কনাগুম্বনা অরেম্বদা প হং-হংঙক্তনবগী ৱানি।

থবক অসিগীদমক ঐনা থরায়দা নিংঙমদবা করিস্থু লৈরমদে। ঐ তমথিরবা, পুংশি হৈরবা খবক অমা তৌক্লরে। মদুগীদমক চিনবা হঙ্গোইবা অমতা লৈতে। মদু মাগীদমক মতিক চাবনি। ঐ ইরায় লায়না কাউথোক্লে। ঐনা অস্থক্কী মতিক খৌশাদনা হাংলিবা অসিগুম্না কনাগুম্বা মীহাৎপা অমনা হাংলমগনি খাজদে।

ঐনা মাগী অবোইবা সংস্কার তৌক্নরগা য়ুমদা হল্লকপ-মক্কদা জামীন্দারগী মুপীহ্ন য়োয়রক্লে। মহাক মঙ্গুম্বা য়াওবা নদ্রে। ঐগী মুপীনা থংহৌদনা শিবসি মঙোন্দা য়াম্না অকিবগী মশক ওইখ্রে। মহাক্না ঐবু পুথচেল ফাথনবনি হায়না ঙংলিবা রাঙাংগী খোঙ্গেক অহ্ অঙকপা মওং অমা ওইবে। ঐদি মাগী রাহ্ থোওইনস্নু তাদ মথমদি ঐঙোন্দা পুক্লিং ফাথবগী দরকারস্নু ওইরমদে। মহাক্না ঐগী খুৎ পায়রগা হায়রকই ঐ যাম্না অবোনবা রাবী অমা শাগে। নহাক মতাং চৎবে হায়হ্না খুদোংচাবা লৌগ তৌরিবা হায়নস্নু খনগন্নু।

মহাক্না হায়রকই — "ঐনা নঙহাক্কী নৈথিব্রবী মুপীদা চিঠি অমা শিন্দুনা থম্মী হায়বিবা পোং অত্ত ঐগী খুনদা থম্ফম লৈতে, অহুনা যারবদি মহ্ন ঐঙোন্দা পীথোকও। মহ্ন তাবদা ঐ তুপান খাও চুখ্রে। অহুবু শাশিন্নবা মায়থোংনা ঐনা হ ঙম্মা চিঠিশিং অহুবু কবি করি ঊবা জাংনো? মহ্ন তাবদা মহাক খংপ্রেক খংবগুম তৌই অদুগা হায়রকই — নহাক্কী মুপীগা যাম্না থাজবা য়াবা ঐগী নক্কুপ অতৈ নৈজদে। মহাক্কুদি এঙোন্দা চিঠিশিংহুদা করি করি ইবগে হায়নস্নু হংখিদে অদুগা ঐনস্নু চিঠিশি হু পাবীগনু হাযনস্নু হায়জরম্মী।

"মহাক্না নহাক্কী চিঠিশিংহু কদায়দা পনম্মী? মহাক্কী ফ্রি-দোল তুনবা কোল অহুগী মেজগী উপু অশংপী অহুদ থম্মী। শোন্নু লোল্লি। মনম হুশিবা গুলাব মচুগী ফি

অমনা য়োমহুনা লৈবনি নহাবস্তু উৱবদি হেক্তা খংগনি। পুম্না চিঠি ৩০ (কুন্থ্রা) নি।" মহাক্না হায়রম্মী — শোহাংলগা চিঠিগী মযোমহ্ পীরগা হংডি- মসিবা নহাক্কী চিঠি হাযবদো?

মহাক্না মহু য়াম্না খোৱাংবা ৈগী পুংকগী তাপ হেক্না লৌই। ঐগী পুক্কংলবা নুংশাথীরবা মিংথম অসি মহাক্না উত্রবদি চিংনখিবা য়াই হন্দুনা মঙোম্দা হঙ্গংনা যাওবা য়েংজদ্রে। মহাক চং থ্র।

খোৗদং অক্তদগী হাপ্তা অমগী মতুংদা ঐগী থম্মোয় কায়না নাবা অনাবসি মাগী ঊঃ মরিক তাখিবা মফমসিমক্তদা হোৗরকপনি। মথগী অধ্যায়মহেদি নংাক্না খংবিরিহুনি। পুন্নমকসি ঐগী পুক্কি গী অরানবা ৱৈবস্তু য়াই অহুমকপু ঐ লায়না অসিদগী নাম্থোকপদি ঙমদ্রে।

"মনক অসে অঙাওবা রাখল অহুগী অপুনবহুনা তৌখিবা নুংশি হৈত্রবা অত্যাচাব অহুগী দম্দিনি। ঐনা বরিস্তু খাজদ্রবী, মবল লৈজদ্রবী, মিপু শি চেম্নবী ঐগী নুপীগী মফমদা চংখিবা লমচৌ পহুগী মহযনি। ঐ অমুক লায়েংবস্তু পামদ্রে। ঐ মাগী মনাক্তা চলগা মাগা উপবা পম্মে। মঙোম্দা ইরাল বোবপানবা হাযজরুরগে। মহাক্না শোযদনা ঙাকপাগনি হায়বসি ঐ থাজে ঐবু তাংবপান্দা মহাক্না নুংশিবগুম লাইরমশেন্দস্থ মহাক্না ঐবু নুংশিনা-লুনা ভৌগনি। ডাক্তর সাহেব। নহাক্না ঐগী অনাবা বোক্লবা ইতেং পাংবি খিবহৗদমক ঐনা নহাক্পু থাগৎশি। ধন্যবাদ।

## এচ্ঃ এইচ্ঃ মনবো সাকী ১৮৭০-১৯১৬ ইং

### নোঙ্গ্রীংবা অমসুং হবাওবগী সাহিত্যগী

### অথোইবা লেখক ঃ— ইংলেন্দ

[ বর্মাদেশতা লাম্নীগী ইং অমদা সাকী পোকখি পুন্সিসকী থবক তৌই। লণ্ডন্দা হল্লক্লবা মতমদা পেপর অমদা লেখ ইবা হৌখি মহাক মশাদি অহানবা পৃথিবীগী লানফমদা শিখ্রে। সাকীগী ৱাগীশিংদা প্রমান পাইবগী মুংঙাইবা শক্তম ঙবা যংঙি ববী অসিদা মহাকী কল্পনা বুদ্ধিগী অয়োবী নোমুনা হু ঙবা ফংঙি। ]

# মনঙ্গল লয়মায়

সাকী ( ইংলেন্দ )

ক্লোভিসনা মাগী মরুপ পাউমীহৃদা হায়—"ভাই! হনুবীগুনা কলাগী মরমদা ঙাংঙিবা ৱাযামহ্ মথক মখা ওন্নবা অর্থ লৈতনা ঙাক্তনিদা। মহাকসি কলাদা ঙাওজবী মীতা ওইনদি তৌনি। তেক থেংনবদা করিগুম্বা লাইযেক অমগী মরমদা হেক্তা ঙাংলনা লৈরম্মী" হা সিমদি ফজে, সিমদি লোয়রে— অসিনাচিংবা। মানা কলাগী মরমদা ঙাংবদি লৈবাক হবাই য়োমবনা লৈবাক হবাইগী গুণ থাগৎপগা চপ মান্নি।

নহাক্কী বাসি তারগা ঐদি হেনরী ডেপলেসকী বারীহুম নিংশিংলকই । ঐ নঙোন্দা লীখ্রবদাই? পাউমীহুনা হংলকই—

"হুক। মহু ঐঙোন্দা লীখিদ্রি"। ক্লোভিসনা খুম্মী। "অহুদি তাগো! হেনরী ডেপলেস হায়রিবা মাগী মরমদা ঐনা হৌজিক ৱারী লাগদৌরিবসে লক্লোমবর্গকী গ্রান্দ ডচীদা পোক-পানি। পাখং ফাবক্লবা মবক্তদা মহাক কম্পানী অমগী এজেন্ট ওইহুনা লংকৈদদা অয়াম্বা লৈ। গ্রেন্দ ডচীদা ইবৈ লৈতে। নহাক্কা অৱাংথংবা ইটালীদা লৈরিঙৈদা মযুমদগী পাউ অমা লাকখি। মাগী নক্লবা শাগগী অহল অমা লেখিদ্রে। অহন্দুনা থনম্বা সম্পত্তিগী শরুক শমা লৌকস্ত পীবা তাগো।

লাগদৌরিবা লন অদু ঙাক্নবনিনা হেংবাদা থোক্তনা মহৌশিংঙোইদি ৱৈদে অহুক্পু মহু করম্বা থবক্তা শিজিন্নহৌ-সিগে হায়না ৱখলদি শংনবা হৌই। সম্পত্তি হনাও তৌমম্বা অমদি অদু ঙাইথোক্লুনা মাঙহনবদি পামদে। মকুপ-মপা শিংদস্ত শাবা মতুংদা নখমজনা নৈবা লাইযেকপা এন্দারে পিনসিংবু মতেং পাংবিবদা শিজিন্নবনা চুগনি হায়না লেপ্লে। সিনোব এন্দরে পিনসিনী হায়বা নপা অনি মতম অমগী লাইয়েকপা, কলাগী লমদা থ্বাইদগী মমিং চংপা শক্লাইবা মীশক্লি। ইটালীদা মহাক্কা পাবিনবা লাইয়েকপা অমতা লৈরমদে। মক ওইনা ডনশাদা হংতুনা য়েকপগী থবক্তা মহাক য়াম্না নীংথিজনা হৈরম্মী। অদুবু মহাক য়াম্না নংঙি অমম্তুং ৱাবা মতম লেলম্মী।

হেনরীগা পিনসিনীগা কুপ্পা খা তাংনরে। হেনরীগী নক্সা কজরবা লাইয়েক অমা য়েকপিবগীদমক ক্রাঙ্ক চাউরক্ন শীংগে হায়বদা পিনসিনীদু য়ারে। ফ্রাংনবগী মতুং ইমা হেনরীগী নজল মপাক্তা উমলমগী শক্ন মপাদগী হৌখ্রগা খাংগী অকোয়বা কাওবদা মাক্না কজরবা ঈশিং চাইবী ( চীংদোল অৱাংবদগী ভূজায়গী লোক-চপ্তা ঈশিং চেপ্তবী ) অমা য়েকপিগে হায়রে। মক্নুম চংবা হংত্তুনা লাই অহু য়েকপিরে। অহুবু হেনরীগী পুক্লিংদা কবিগুম্বা হুংডাইত্তবা, নীংবা থুংদবগুম্বা চিংনবা অমা লৈরম্মী। অহু ওইরবস্তু কলাকাব অহুগী হৈশিংবা অহুকীদমক হেনরীনা অপেনবা উংথি। হেনরীনা মহাকী চায়রবা মরূপ-মপাংশিংদা মনক্সগী লাইয়েক অহু যেংহল্লি। মরূপশিংত্তুনা মাক্না থাগংলম্মী অমম্ভুং অহুম্মা হায়— "মসিদি পিনসিনীগী খায়দগী হেম্না কজরবা, অয়োবী থুংরেক্লি। হেনরীগী অরোইবী কলাকৃতিনি। মসিগী মতুংদা মহাক অতৈ অমুক য়েক্রুবস্‌ য়ারে"।

লাইবক থীবদি, মীনা হায়নবগুম্মা মহাক অতৈ অমুক হন্না লাই য়েকখিদ্রে। মহাকী অরোইবা খুংয়েক অহুগী খাজমন মহয় চাবা নংদনা মহাক নোঙ্গাদ্রে। ফাওরবা, কলাকারহু ঈশ্বরনা চানবিরম্মে মহাক মপুং মতম চাদনা লাইগী খুমা তাদ্রে। কলাগী পুক্লীদো মাগী নুপীদং থনম্মা তাইবংপান থাদোকদ্রে। হৌজিক হেনরীনা মঙোন্দা ক্রাঙ্ক চাতরুক থিগদবনি অহুবু খুমক অসিদা হেনরীগী থুদোংঙীবা মথং মথং লাকলে। মহাকী লাইগী লোক্তো থজিক্তং ফংবহুদা কলাবু নুংশিবা অমদি পামজবগী

হাৎলগ্নি পোক্লখিবনি। অহুবু য়ু প্রকপদা খরা চংখি অতে অতে লাং-কাংগী খয়চতা খরা মাংহনখি, হৌদ্রিক মাগী খুংতা ক্রাফ চামরিগা কুত্থ খজ্ঞমক• লৈরেহৌবে। মহু লৈরিখিদ্রবা কলাকার পিনসিনীগী সুপীদা পিরুবগে হায়হুনা লাকলম্মী। শেন্দাহু উখনা পিনসিনীগী সুপীহ্ মাম্না শাউরে। য়ম্ম ছাংঙে। মহাক্সা হেনগীবু রাবৌরিবহ্ শেল শুনা থীদে হায়বগী রা ভাক্সা বক্তে। মহাকী মপুবোইবগী খমথনা ফজরবা অরোইবা খুংয়েক অহুগী মমল হত্থহল্লে হায়বগীদমক এজ্জরেগী সুপীহ্ থোইদোক্সা হুং-ভাইরমদে।

হাপ্তা অমগী মতুংদদি হেনরীগী খুজা ক্রফ চামরিগা মঙাখক্সা মঙায়রে। কলাকারগী সুপীহ্ অমুক্সা মে হৌনা শাউপ্লে। মহাক্সা হেমরীদা কলাকৃতি অহ্ যেংস্তোকপা ওম্মৌই হায়রে। সুমিং খবগী মতুংদা হেনরীগী মনঙ্গন্দা হৎতুনা য়েকলিবা এন্দেবেগী ফজরবা লাইয়েক অহ্ মফম অহুগী ম্যুনি-সিপালিটিদা কংথোকপ্লে। ম্যুনিসিপালগী অথোরিটিনস্থ খুদোল অহু হয়াওনা যাদুনা লৌপ্লে। হায়বা পাউ অসি হেনরীস্থ ভারে। মহ্ তাবদা হেনরী মফম অহ্ থাদোক্সুনা রেংম তাম্না চেনপ্লে। .রোমদদি মহাকপু বনানস্থু মশক থংঙোই অহুগা পিনসিনীগী কলাগী মরমদা কনানস্থ থংবিয়স্মোই হায়না হেনরীনা খল্লি। অহুবু মনঙ্গললোমদদি নোঙ্গাগ্রবা কলংকার অহুগী মহৈগী পোংশলুম অমা নন্দুনা লৈরি।

নোংমা হেনরীনা ঈরুজগে হায়না ঈশিং অশাবগী ঈরুশঙদা

ফুরিং লোথোক্লগা চংখি। ঈকশঙ্গী মপুহ অরাংথংবা ইটালীগী মী ওইরম্মে। মহাক্না চোংশিল্লগা হেনরীগী নঙ্গদা ফি অমা কুপশিল্লগা য়াম্না শাউনা হায়রকই—"মসিগী লাইয়েক অসি বরগাম্মো ম্যুনিসিপাল বোর্ডকী সম্পত্তিনি। বোর্ডকী অয়াবা য়াওদনা কলাকৃতি অসি হেক্তা উংথোকপা য়ারোই। মসিগী মরমদা ঐ না য়াম্না ঙাংনিংঙি"।

থৌদোক অসিগী পাউ অসি মৈগী ম'তাওগুম সহরগী মফম খুদিংমক্তা থুনা য়ংনা শন্দোকখ্রে। প্রজা মীয়াম্না মসিগী মরমদা খংনিংবা হেনগংলম্মী লোয়নন্না সরকারনম্ভু অকনবা মিংথং চবা হৌবে। হেনরীদু ওলাংথাগী শানবা মতমদম্ভু সমক্রুদা ফুরিং লোথোক্লগা ঈকজবা য়াহনখিদ্রে ঈকজগে হায়রবনি নি অথাবা অমা নঙ্গন্দা কুপশিনবা তাখি।

মথংদদি হেনরীদু সমক্রুগী থুমহি যাওবা ঈশিংদা ঈকজবা য়াগোই হায়না হুকুম তোগ্রে মবগদি থুমহি য়াওবা ঈশিংহুনা কলাকৃতি অহুদা অমাঙবা থোকপা য়াই। সবকারনম্ভু বোর্ডকী হুকুম অহু য়াবে। হেনরী হন্নদগী যাম্না নানা শন্দবনি হৌজিক্তি হিহুনা লৈবদা হেন্না অরাবা অমা ওইখ্রে।

নোমদি মণ্ডোন্দা অতোপ্পা থংনবা লৈবাক অমদা চংনবনীদমক কোম্পানীদগী য়াথ অমা থারক্লে। মহাক্না মাগী কোম্পানীদু ওমখৈ লৈতনা থাগংখিরম্মী। মহাক হৌজিক লৈবাক অহুদা চংলগা নুংঙাইনা পানবা য়াবগনি খন্নবনা য়াম্না হন্নাওদম্মী

অদুবু মহাক্না হয়াওবহু অয়েক্না ওইরে। ফ্রাংক অমসুং ইটালীগী লমথৈদা মহাকপু চংহনখিরে। সরকারগী ওফিসারশিংনা মহাকপু লৈবাক অসিদগী অত্তোপ্পা অমদা লাম্থোকপা য়ারোই হায়না খিংরে। ইটালীগী কান্নুন মতুংইন্না লৈবাক অসিগী কণ্ডুবা কলাকুতি হায়বদি অয়েকপা শক্তম নত্রগা মমি লাই অমতা ওমথৈ লায়া পুথোকপা য়াদে হায়না হেনরীদা থংহনরে, অদুগা হুকুম অসি থোশাদদুনা মহাক চেনগে হোংনরবা নত্রগা চেনগ্রবদি হংবা মকমদা কাপ্তুনা হাংকনি হায়নস্থ বিহল্লখী।

য়াওরী অসি অক্সেমবর্গ সরকারনস্থ তারে। অদুনা সরকার অসিনা মথোয়গী রাজত্বুক্কী থাক্তা য়াওরী শাবা হোৎরে। মদুনা ময়ম ওইদুনা ইউরোপ পুম্নমক্তা খুদোংথীবা লাকপা য়াবগী মওং অমা ওইরক্লে। ইটালী সবকারনস্থ মাগী ফিরেপ অদু হোংবা লৈখিত্রে। সরকাব অসিনা হেনরীবু মী অমনি নত্রগা এজেন্ট অমনি হায়না লৌদ্রে অদুনা মহাক্কী তুংগী পুন্সি অদুগা হৌখিবদা থোকখিবা থোদোক্কী ময়মদা করিগুম্বা য়াথল অমতা থনবীখিদ্রে। সরকাবগী ফিরেপ্তি হেনবীগী মনম লয়মাদা লৈরিবা অয়েকপা কলাকুতি অদু ববগামো ম্যানিসিপালিটিগী সম্পত্তিনি মসি দেশ অসিদগী মপান লায়া পুথোকপা যারোই। অদুনা হেনরী কদোইঙেদস্থ ইটালীদগী মপাল থোকপা য়ারোই।

মতম থবগী মতুংদা লৈবাক অনি উংথংনবহু ঈথল্লে। হেনরীসু উপাই লৈত্রদুনা তুমিন্না লৈরে। অদুবু কাইবক থীবদি থা থবগী মতুংদা অমুক হন্না কলাকুতি অদুনা থংনবগী ময়ম

পুম্নমক অনিগী কলনা হেনগী পুন্সিদা পোথ্রাক্স লৈতবা অনদি তঙ-তাংবা হায়বনু থইরে। থনে চেকব রাথোক ময়াম অনিগী মক্তা লৈজনিংব্রহুনা মহাক কটাগিগী মিতো-লুসনগী পাউন ব ও্বর। দেশকী মেক্লবা মীশক অমা ওই-খংলক্রে। নীংকপা মহাকপু দেশতগী তাম্বোক্লবগী হুকুম থোকখ্রে। থেংডন খুদি মক মহাক্কী মনঙ্কগী লাইরেক অহুনা যরম ওইহুনা চাংথদগী হেক-হেক পুশিল্লকখি। মোংমা জেনোভাদা রিভোলসনগী মেহুবশীংগী সভা ও্যা কমখি। মহুদা মৈ মেংনবদগী শাওনরক্লনা অতোপ্প। নরুপ অমা হেনগী নঙ্কন্দা তেজাব মাংবা লিঙ্খ অংনা থাক্তিল্লখী। তেজাব অং চাইথাক্লুনা যেকইবা লাইয়েক অহু মহ ইমা মাংহল্লে। হেনগীনা ক্লুসিং অভাংবা অমা লিংলম্নদগী নচু পুম্মাংমক্তি মাংহৌদবনি। মীযাম্না লিপাহু কারে। যম্নস্থ চৈ-থাংগে। লৈবাক্কী মমল গান্নবা কন্দাক্লতি মচুনবগীদমক মহাকপু চহি তরেং জেলদা থন্নগী দন্দ পীরে। ফোসপি-তালদগী থোক্লবা মতুংদা সরকারনা হেনগীবু কাংদনা দরকার ওইব্রবা অমস্থং লৈবাক্কী মাডনবা তৌবা ফারেংব অমনি হায়না লাউথোক্লে। অহুগা পোয়মনা ইট কিদগী তংম্বোকখ্রে।

মরুপ নহাক্লা কনিংঙ্গা ফ্রান্সতা চংপগা পুদো চাবা কংলবদি মকমহুগী অচিকপা লৈরকশিংদা, মকুওইনা লপিত-কলা মন্ত্রালয়গী মনাক অহুবাইদা। মীংবা কাযবব চোকথংবা লিপা অমথক কোয়চং চংতুনা লৈবা থেংমবীগনি। লুংথিলগী

মতমদা চংলবা অহুগা মাগী রারী শাবা কংলবদি মহাক লক্লেমগী লেম্না রারী শারক্লমি। হৌজিকসু মনক্লন্দা অঙকপা ফং। শভরবা কলাকৃতি অমা পক্লি ফায়না মহাক্না অকরি। হৌজিকসু অমা তৌরি মহুদি কনা কুসনা মিকোমেন্দ তৌখিনবদি ফ্রান্সকী সরকারনা মহাকী কলাকৃতি অদুবু অপোইবনি খন্দুনা লৈবিখিগনি। ফিভম অসিদসু মহাক খাখল অসি থম্না চংতুনা লৈ। হাযরিবা অরাংবা খাখল অসি মতুনা মাগী ভ্রেন্দা থেইদোকপা অবাহবা টৈ,হত্রা ফাংবস ঐগী শাখলনি।



হিংচাবহু রাজা মপোংজুবা অমদি খীমুয়ানকী খুদংবা মুখা হ মিয়ম্ভু ওইরে। মঙাংশিংগী শাক্তকম মুংঙাইবা অমত্তা লৈরে লমবাওদহু উপুলগা মুঙবনা শাম্নবু খাপোং নঙে। মহুলনগী মহুক্লা হৈকোন্দুনী অকোয়বদা চংলুগা মমুংগী কজবা অমদি মুংঙাইবগী মরমদা রাগী শাৱে।

"ঐখোয় নহাক্তরাই হৈকোল মমুংদা শাগ্নবহু মুংঙাইরেদা চহি ওনথিহুনা অনৌবা য়েনীংথা অমুক লাকএ। মফম পুমমক্না লৈনা কুগায়না শাংলে উইনা মরীক চুম্না পানবা থৌরে। উচেক বাহ্মা খিবীক্লা হয়াও-তয়াম্না খো নরে। অহুবু ওহোবগদি! হিংচাবহুগী হৈকোল্দুদি থৌজিক ফাওবা খুং-থনবা ওইহুনা লৈরে। উচেক রায়া অমতম্ভ মাগী হৈকোল্দা খোংথক্রে মঙাংশিংনা শায়বা লেপথিবদোনা হৈপাল উপাল মখৈম্ভু মশক ইহোং হোংত্রে। লৈ থরদং শাংচগে হায়না লি থংচরকপম্ভ হিংচাবগী "নোটিস" অহু উবদা ইকায়হুনা লুক-থক্রে। মঙাংশিংগী মুংঙাইতবদা শরুক য়াবা ওইহুনা লৈ মখৈ চুমহুনা লৈত্রে। হৈকোল অসিদা পেম্না হয়াওগিবা হায়বহু লৈচিনগা উনগা মঙায়রে। মখোয়না হায়নৈ— বুমসিদি বসন্ত লাকপা কাউরমাল্লে। ঐখোয়দি বুমচুপ্পা মুংঙাইবা তারেদনা।

উনগী অঙৌবা ফিদক্লা নাপী হৌবা শরুক মখৈ চুপ-শিনত্রে। লৈচিনগী অঙৌবা লমথাং ইক্লফিনা হৈপাল উপাল মথাম্ভ ইনশিনখিরে। মখোয় অনিনা অরাংলোমগী অজংবা মুংশিং কৌরি। অরাংলমগী মুংশিংনম্ভ মখোয়বিগী 'বাক্তেন্দু' কয়াওনা

লৌবদুনা হৈকোল্লগী অকোয়বদা অদোম্বা, চেকনা শিংলে। ইংখনবদুনা থোংনাঙদা পাক্লিবা ঙিংলেল কাওবা কায়-কায়দুনা কেল্লে। হুংশিংনা হায়রকই— "হৈস!", মশিদি যাম্না খুং-ঙাইরবা মকুমশিনা? উন মকুপ পুবা হুংশিংদু কৌবীবা তারে। অদুদগীদি উনপুবা হুংশিংদু খুংহল্লে। অঙিং-অতিংবা পুং ৩/৩ চুপনা উন হৈথবা হৌরে। ময়ুগী চৈথেংনা যুমগী খপরা কাওবা মচেং-মচেং কায়দুনা কিদলে। মকমদুমগী থোরকপা হুংশিং অদু ঈংবগী মপা লৈখিদ্রে। মদুবা-হিংচাব-দুনা উন্না কুপ্লবা হৈকোল অদু থোংনাওনগী মোংথোরকপগা হায়রকই— "হৌজিক কাওবা বনম্দুনা শাগ্লিকলিদু কৈদৌরবা ভাংনো? কুমগী-কুমচং অসি হোংঙবা তারে। অয়াবদি হৈকোল অদুদা য়েনিংথাদু লাক্লে। অতৈ হৈকোলশিংবুসি খুতু খুদিংমক মতম কায়দনা লাকই। মেরা-হিয়াঙ্গে চঙ্কুম্বা হৈ মথল মথল মুনবা হৌরে। লৈ মথল মথলদু-শাংলে। অদুবু হিংচাবদুগী হৈকোন্দুদি হারগী হাম্বা অদুমক লৈরে। শাবংথো লাকএ অদুবু— "হিংচাবদি কয়াদা মপুকচেল পীকই-বনো" হায়রম্মগা হনগ্রে। মতৌ অসুম্না হিংচাবগী হৈকোন্দুনা উন, লৈচিল, উন-মকপ পুবা হুংশিং ময়ামশিনা কুম-চুম্না নুংঙাইনা অগোয় শাদুনা পানগ্রে।

লোংমা অয়ুক অঙনবদা হিংচাবদুনা কমুংদা মখিং শাং-লগা হিপজিংডদা হুংশিংবা ঈশৈগী থোক্লেল অমা তাবগী।

অমদি হৌজিকসু উন তারি। মকমদুদা পাক্তবা, লুপাবচা অমা লেপ্পী। মহাক্কি পীকমনগ্রবুনা মখুংদা উপু ক্রমা কাওবা লাম্বা কংল্লে। মহাক্না মথুং লামথং লামথংলদুনা পাম্বী অদুগী অ'কাম্বদা চংলি। ল'ইবক থীবদি উপাল অদুগী মথক্তা হৌ-জিকসু লৈচিন থারি, উন তারি, অকোয়বদা অয়াং মু লিংবা ওংদুনা শিংলি। পাম্বীদুনা মশাক্ক নে.শ্ব মোক্খদুনা অঙাংদুবু লাউ, লাউ কৌথংলি। অদুবু অঙাংদুনা পিকমনখিবনা লাম্বা ইকং মকংল্লে।

হিংচাবদুনা অঙাংদুগী মতৌ মুন্না য়েংলগা মাগী থম্মোইদা থৌজালনি ইদুন অমা ফাওখি। নুংশিবগী অকনবা ঈথিলনা তমথীববা থম্মোয়গী পোমায়দা নমথান্নল্লে। মশা মতোমতদু তাথীন চৈজন্নকই "ঐ অসি ওম্মোক্না পুকচেল পীকল্লেদা। ঐগী হৈকোন্দা য়েনাংথা লাক্লবগী মরম ঐ হৌজিক থংঙে। অঙাং মচা অসি উথক্তা থাক্লংশিন্নগে অদুগা চেকপাল অকোয়বদি লৌথোকল্লগে" ঐগী হৈকোল অসি মতম চুপ্পগী ওইনা অঙাং-শিংগী ওইহৌরসন্নু"। হিংচাবদুনা হৌখিবা পুক্নিংগীদমক নীং-ঙমদবা ফো দোকখি। মহাক মথাদা কুমথন্নক্লে। থোঙ হাং-দোক্লগা হৈকোল্লোমদা ল'ক্লে। হিংচাবদু উবদা অঙাংমথৈ চেন্নল্লে। অঙাংশিং চেম্মোকখিবগা হৈকোনদু উন্না কুপশিনল্লে। অদুবু থাইদগী পীকপা অঙাংদু মদি উথক কাগদবগী হোৎনদুনা অদুম্মক লৈরি। অঙাংদু য়ামনা কপলে। মমিংতা মপিনা কুপখিবনা হিংচাবদু লাকপা মানা উন্নমদে। হিংচাবদুনা

তুংলোমদা চংঙ্গা অঙাংছু পায়থংলগা উথক্তা থাঙখিংরে। পাম্বীছু থুনক অহুমত্তদা উইহে অ্নবনা তেকথমখৈ থাদ্রে। উচেক ময়াম শাইশিল্লক্রে। খোং খোংহুনা উপা থুমিংদা তোংডে অপীকপা অঙাংহুনা হিংচাবহুবু মঙকশমদা কোল্লগা চুপ্পীরম্মী।

. হিংচাবহুগী মতৌদ উবদা মহাক মীহুংশি লৈতবা পূকচেল পীকপা অমা ওইদ্রে হায়বসি অঙাংশিংনা থংডে। মখোয়মছু চংশিল্লক্রে। অঙাং ময়ামগা লোয়ননা বমত্তম্ম লাক্রে। হিংচাবদ্না হায়রকই—"অঙা শা। হৌজিক্তি হৈকেল অসি মখোয়গী ওইরে"। মসি হায়রম্লগা মহাক্না য়োংপাক অমা পায়হুনা অকোয়বগী চেকপনছু য়াম্মথায়রে। মুংখিল মীয়াম্না কৈথেল কাখংমরকপদা কজরবা হৈকোল অহুদা হিংচাবহুনা অঙাং ময়ামগা শায়হুনা লৈবা উবদা য়াম্না ওক্লখি। অঙাংশিংছু হিংচাবহুগা হুম্বিং তাবা কাওবা শামরগা ছুমিদাংদা মঙোন্দগী বিদায় লৌরম্মী।

"ওসাইগী অঙাং, থ্বাইদগী পিকপা ঐনা উথক্তা থাঙংপিপিখিবছু কদাইদা লৈ"? হিংচাবহুনা হংঙকই— অঙাং ময়ামদগী মাধুনা হেম্না মহাক্না থুংশি মরমদি অঙাংহুনা হিংচাবহুবু হুংশিনা চুপ্পীরম্মী।

"ঐখোয় থংদে" অঙাংশিংনা খুম্মী। "মহাক চংপ্রমাম্লে' "হয়েং শোয়দনা লাকউ হায়মু" হিংচাবহুনা হায়রকই— "ঐখোয়দি মাপী লৈকম থংদে' হাম্নসু অমুক্তা উখিদ্রি"

"অঙাংশিংনা খুগী। মহ্ তাবদা হিংচাবহ্ মথক্তায় মুংঙাইরবদে। খুমিং খুদিং অঙাংশিংনা হকু লক্লী মকুলপা হৈকোন্দুনা চংহুনা পাম্রবে। অহুবু হিংচাবহুনা কেন্না মুংশিজনবা খাইদগী শিকপা অঙাংহুদি মঙাক্ত্রে। হৌজিক্তি হিংচাবহ্ অঙাংশিংবু নুনা তৌরে। মথোয়গী লোয়নবা হায়্রাও তয়াম্না শাহে। অহুবু মতম অয়াম্বদা অশিকপা অঙাংমচাহুমদি কাউবা হৈনজে। মরক মরক্তা মতোমতা শোল্লি —

"ও। অঙাং নংবু কদাইদা হৈগ্রবনোকো? অমুক্তদি উনিংঙ্গ্রেদা"?

চহি কয়া হৌখ্রে। হৌজিক্তি হিংচাবহ্ অহল ওইরহুনা মশাহ্ য়াম্না শোক্লে। অঙাংশিগী মরক্তা শাম্নবা য়াওবা ঙমজ্রে। মহাক অবাম চৌক্কিদা ফমহুনা অঙাংশিংগী শাম্নবহ্ য়েংঙি। মহাক্না হৈকোল অহুক থগ লম্মী। "হৈকোল অসিদা ফজ্ঞ ফজবা নৈ কযাম্না শাংলি। তশেংনমক অপিকপা অঙাশিং খুদিং পুক্নিং হুনবা নৈ ঙাক্তনি"।

নিংথমথাগী অয়ুক অঙনবা অমদা হিংচাবহ্ থোংনাও মনাক্তা লেপলহুনা হৈকোলগী ফজবহ্ য়েংঙম্মী। মহাক্না ইং-থমথাবু খুংঙাইতবা তৌদ্রে মরমদি ঈংথমথাগী মতমসিদা বসন্তন। মংগী হৈ নৈ বয়াগা লোয়মনা পোংথোক্তে।

ইথং খংহৌদনা মহাক্না অঙকপা দৃশ্য অমা উবে। য়মিং নৈরহুনা অমুক্তদু য়েংঙম্মী। হৈকোন্দুগী অশাম্বা কাচিন্দা পাম্বী

অমা লৌখি মচুদা অডোবা লৈবা থম্না শাংপা উরে। উপ পুম্নমক সম্না মচু ওইনা উই অচুগা লৃপা মচুগী মচন্নমা তেকপ-বমথৈ পাম্লে। লৈপাল অচুগী ময়াদা মহাক্কা থরাইদগী নুং-শিজরবা অঙাং মচাচু লেপ্পুনা লৈবা উরে। মহাক নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। হ্যাও হ্যাও মথক্তগী সিগিদা কুমথবক্লে অচুগা নাপী মথক্তা অঙাং মচাচুগী মনাক তম্না লাক্লে। অঙাং অচুনা ওইরম্মীবা মওং অচু উবদা হিং চাবচু য়াম্না শাউরে। অঙাংচুগী মখোং অমসুং মখুং অনিমক্তা থীনা শোকপগী দাবকম অনি অনি লৈনম্মী। মহাক্না 'চাচুনা' হ ঙকই— "নহাকপু সুম হায়না থীনা শোকহল্লিবসিবু মচোম্পাক নাইদবা কনানো"? অমুকসু হংঙি — "বরম্বা লীশক্লো হায়যু ঐগী থ. শা অসিনা মঙক অচু ককথংকেনে?

অঙাংচুনা হায় "ও মসিদি চানবা অমসুং নুংশিবগী খুং-শোক্লিদা"।

হিংচাবচুনা য়াম্না ঙক্লা হ ঙি —'নহাকসিবু কনানোনে?' মসি হংবা মতমচুদা হিংচানগী মাথথোংদা য়াম্না ঙক্লমই অমসু-অকিবগী মতৌ উরম্মা। মহাক্না অঙাংচুগী মমাংদা খুকতু খুদক কুন্দুনা মকোক নোল্লখ্রে।

অঙাংচুনা মোমোন নোক্লা শোক্লা হিংচাবচু ম্নেংঙগা হায়রকই—"ঙসিগী নুমিং অসিমদি নং ঐবু হৈকোক অসিদা শাল্লহল্লো। হয়েংদি ঐনা নহাকপু ঐগী হৈকোন্দা পুরগে। ঐগী হৈকোন্দী থাইদগী হেন্না ফজে মচুবু স্বর্গ হায়না থংনৈ'।

মখাগী নুমিৎকী মসিংনা অপুনবা মুরায় হৈকোনবা শায়না চেপ্ত্রকখি। মখোয়গী নুংশিজবা হিংচাবহ উগী মথাদা শিন্না লৈবা উদে। মহাক্কী অশিবা হুকচাংহুনী মথক্তা অতোবা লৈবী কিদক্না কুপশিল্লি।

## কেথরিন মেন্সফিল্ড ১৮৮৮ — ১৯২৩
### ( নিউজিলেন্দগী অথোইবী ভাবী ইবীনি )

( নিউজিলেন্দগী অথোইবী ৱারী ইবিনি। পোক ১৮৮৮ দা পোকখি। ১৯০৮ দা লন্দন্দা লাকই। জোন মিন্টম মোরীগা খংনখি। ১৯১৩দা মখোয় অনি লুহোংখি। মহাক্না ভাবগী ইবগী হৈনবীগা লোযন লোয়ননা ৱারী ইবা হৌখি। মহাক্কী ৱারীশিংদা মনুং হেজিনা উশিনবা অমদি থৌজাল হৈবগী ঈচেলশুরাওই। মহাক্কী ৱারীগী মুক্তমদি অয়াম্বনা কিজবগী মথা পোল্লি। থৌদোকী মথা পোনবা ওইদে।

শীনিবা ৱারীসিদা মুপীগী মঙোবিজ্ঞানগী অজবথা শাজম উবা ফংই।

# চা কপ অমতং

—কেথরিন মেন্সফিল্ড

রোজ 'মেরী মান্না' কজবী অমদি ওইদে অহুবু মতম লৈবা খিবিক্তা মশা খিংনা হৱাও-তয়াম্না লৈবী হুপীনি। নহ নি, য়াম্না শিংচি অমত্তুং হোন লোনচং থংবীত্তু ওই। মহাক্কী মপুরোই-থজন্তু মাবু শেংনা পাম্জরম্মী। মখোয় নুংঙাইনা পাল্লি। ইনাকন্তু খুল্লি। রোজ মেরী শরং শুতুগী নুমিদাংৱাই অমদা দুকান্দা লাকখিম্ভি। পী দুকান অহু মহাক্কা তোৱনা পোং লয়বা মকখনি। দুকান্দার অহুনন্তু মেরীবু মান্না নুনা তৌরম্মী। মেরী হেক লাকপদা হৱাও হৱাওনা মথুং লোম্নহুন। নমতুং তৌই। ওনিন্তু দুকান্দারহুনা রেশমগী রুমাল অমদগী কোতা মচা অমা লৌথোরকখ্রগা, হায়রকই—"বীবীজী, ঐদি অসিগুম্বা মমল যাইদবা পোং অসি য়াম্না পামজে। পৃথিবীদা অসিগুম্বা পোং-শিংসিগী মমল থংবা মী য়ামদে।"

কোতা মচাহু নুপানা শাবন্নি মাগী মখুমহুদা দিকশ্রবা পাম্ব। অমা কৌহল্লি। মহুগী মথাক্তা নুপামচা অমগা নুপীমচা অমগা মথুং শম্নহুনা লৈ। মহুগী খুৎকোযবদা যিতা অমা থ.য়। মহুগী মথক্তা অপাবা ইশিচিন থাবগুম উইহল্লি। কৌত্তা মচাহুনা মেরীগী মপুক্কিং শুমহৎলে। মহুম্মক্ত ফংবা ৱাবী নিং থিজবা পোংশক অমদি ওইরম্মী। মহাক্কা মখুংকী মোজা পৌখোক্লগা, কেপ

মহাক্লা খোংকাপ অমা কাল্লহনা হায়বে- "চংসি ঐগা লোয়নবা।
ঐ নহাকপু থুমদা পুবগা চা পীথক্লে।"

লৈশাবীহনা চু শা থীনা হায়রকই—"নহাক্লা ঐবু করেন্নবদি নক্লেকো" ?

মেরীনা হায়— "নত্তে নত্তে ঐ নংবু করেন্নবা নত্তে। লাকও ঐগা লোয়নবা চংসি"।

নুপীমচাহ মথুংনা মমাযহ খুমজিল্লম্মী। অহনগী হাংদোক্লগা য়াম্না কিনা হায়রকই— "নহাক্লা ঐবু পুলিসতা পিথোবওইক্লা" ?

য়োজনা নোক্লগা হায় — "নত্তে নত্তে। ঐ অহক য় ম্না তঙ্খিগদৌবা নত্তে"। ঐদি নহাকপু পোৎথাহনবা পাম্বনি। অমুগা নহাক্কী য়ারিস্সু তানিংঙি"।

মিকুপ অমনিগী মনু দা মখোয অনি কাবদা কমক্লে ক য় অহ অমম্বা হাইদোক্লনা মাংদা য়া না চেনখ্রে। য়োজ মেরী মায়পাক্লবা, খবক ওম্বা মী অমগী নুংঙাইজবা মতৌগা লোয়নদা কম্মী। মাগী থম্মোয়দা থৌজান অমদি মিন্নশিগী ঈচেল চেত্থিরি। মীওইবগী পুন্সিদা নুমিৎ খুদিংগী অওকপা অমদি অরাবা খোদোক কয়া থোকই। কবি কবিগুরুদা, ঈশ্বরনা মীগী মশক লৌহনা হায়বদি মীগী থম্মোযদা চংহনা অরা-অনাগী মতেং পাংই। অচৌ অশাংশীংগী থম্মোয়দসু মীতপ ছন্দবা নত্তে। মেবিনা রাকম অসি নুপীমচাহদদি হায়দোকখিদে। মহাক্লা নুপীমচাহগী মাযথোংদা য়েংলগা হায়রকই—। "নং করিমতা বিগনু' ওকনিঙাইস্সু কবিস্সু লৈতে। ঐনা নঙোন্দগী লাইবক

কবা হেল্লি হায়বগী করিস্থ থে ইংদোকপা লৈতে। ঐখোয়নি ইচিন ইনাও ওইহন্দ হায়বা লৈত্রন ?

মতমহুমক্তদা গারিত্র থাম্মে। বোজপেশ্রী বা ঙাংবস মপুংফাহৌদি মন্দিলা খিংহুনা থোঙ হা হল্লে। মেরিনা য়াম্মা চেকশিগ্রা লৈশাবীর মপাম্মোম পায়হনা ইমুদা পুশিনবিগ্রে। কা অহুদা চংঙকপদা অশাবা ফাওই পুমডাল ঙাল্লি অমস্তুং মনমগুংশিবা কজবা ময়ামহু নুপীমচাহুদদি ইনৌ নৌবা পোং ঙাক্লা ওইরে। রোজ-মেরিনা য়াম্মা মুন্না নুপীমচাতগী মমায়থো হুদা মাগী বাখলহু খংনবা হোৎনবি। মেরিনা হায় মথক্তা "কানি ঐগী কাদা"। মহাক্লা মীনাইশিংগী মমা দা নুপীমচাহুবু কইনা থমনিংদে। মহাক্লা মথক হেক য়োবগা মীনাই নপীদা ফি অনৌবা পুথোক্লনা নুপীমচাহু মফি হোংদোকহনখ্রে। অহুদগী মেরিনা মাগী ভুমফম কাদা চংখি। থোঙদা পর্দা য়াল্লি। কামনুংদা মৈকু চাকই। ফজবা পোংচৈ কযা।। লৈতেংঙি। নুপীমচাহু থো জিন্দা লেপ্লে মাগী মমিং অহুনা বা খরা হায়নি বা উংনি। অহুবু মেরিনা করিস্থ থৌশাদনা চৌকিত্র চি শিনবিরগা লাউ সিদা কম্মু নং য়াম্মা ইংগ্রে। হায়রম্মী! নুপীমচাহুনা ভুংদা হন্দোক্লহুনা হায় "বীবীজি ঐ মহুদা কম্বগী ইথোনা লৈজদে।"

রোজনা মখুং পায়হুনা চিংশিল্লগা "নং যাম্মা হঙ্গোইনা উরে। সে! কৈস্থ খল্লনু! শেংর চনী তানা হোল্লু। নুংঙইনা চা থক্কদবনী করিমতা কিকনু"। মসি হাযবহুনা মহাকপু ফমহল্লে।

নুপীমচাহ্নু ভুমিন্না কপ্পে। মেরীনা ক্ষমহনবা মওং অহুদগী করিমতা কিডম কায়দনা অদুম কপ্পী।

"ভুপীদু লৌথোকওদনা। নপম কজবদু ইচোং চোংলে। ভুপীদুনা নকোক অদু শাগংত্রা?

"য়াম্না ফনি বীবীজী" হায়রগা মহাক্না শেগাইরবা ভুপীদু লৌথোকই।

"হৌগংনু ঐ নগী কোট অহু লৌথোকপিগে" মেরীনা অমুক হায়রম্মী।

নুপীমচাহ্নু হৌগংলি। মথুং নামদি চৌকিদগী ইথা-থাদোক্লে। মেরীনা নমহুনা কোট অহু লৌথোকপীদে। অহুদগী মেরীনা মৈফু মপাগী মথক্তা নৈবা কমদগী চুরুপ লৌথোক্লে তৌই। নুপীমচাহ্নুনা হায়রকই— "বীবীজী! ঐরু রারৌবিগনু" থুদক অসিদা করিগুম্বা পোং থজিক্তুং চাত্রবদি ঐ রাম্ববা তাবে। লাম্বনা শিদোগে।"

রোজ মেরীহু থংপেক থংবদোম্না— "ইহে! ঐসি কয়াদা থোশাখিদ্রবনো? ইকাউ হেক কাওথিবনিনে"। হায়রগা মানা মন্দিনা খিংহুনা শাউরম্মী—"চা হৌজিকমক তপ থরগা চেল্লকউ"। মীনাইনুপীহু চংখ্রে। নুপীমচাহনা হায—"ঐ তপ চরোই, চা ডাক্তা থকচগে"। মহু হাযরগা মহাক কপথোকখ্রে।

য়াম্না থম্মোয শোকপা দৃশ্যনি। বোজ মেরীনা থুকউ নাব নৈত্রমাযদা কুম্থরহুনা থেমজিল্লি— "কপকনু ইবেম্মা"।

৳ান্দ্রগা মাগী ক্লম্মা াহ্ পীান্মী অহুদগী মপা/ম্মাম্ুনা মুপী-মচাহুগী লে্বান্দা কোনবীবম্মী।

মুপীমচাহ্ ইকাম্ন ইকি থ'দোক্তুনা হীব্রা হীক্লা কপ্পা লৌরে। "ঐ অসিগুম্মা অবা'সি খাঙবা ঙম্মক্রে। খাঙবা ঙমগনি হায়বম্ভু থাজ'দ্র। ঐ ইতোমত্তা শিজক'গে"।

রোজ মেবানা মাবু থেমজিনবিরহুনা হায়বকই—'হৌজিক্তি নংগী অবাবা মতমহ্ হৌগ্রবনি ঐনা নংবু ব্রাদনবা শীনবিগনি। চা থকসি অহুগা নংগী বাবীহ্ পীযু। ঐনা নংগীদমক্তা তৌবা য়াবা থৌরাং খবদি শোয়দনা তৌবিনি। এপ্পম্ভু কপ্পগা শোল্লবনি। অহুনা লাইগী লোংদম্নি খন্দুনা তুমিন লৈরো'

মহাক কপ্পদি তে কখ্রে। রে জনা হৌগংকে হেক তৌবগা মীনাইনুপীহ্ চা পুহ্না লাকএ। রোজনা যাম্না তপ্পা মুপীমচাহ্দা চানবা মাখোন, তেষ্ট অমদি কেক মথং মথ পীশিল্লি। চাম্ভু মনা হেক থকইবমখৈ হৈবীবম্মী রোজদি বরিমত্তা চাদে। মুপীমচাহ্ ইকাইখিনি খন্দুনা মচি অমদা চুকপ থক্তুনা লৈবম্মী।

চারি থবইবা শোংশিহ্ খুদক্তা হকচাদা কান্নবা ফ-হলম্মী। চাবা থকপা লোইরে চাগী কপ খালীকা লোইনা পুশিনগ্রবা মতুংহুদা অনৌবী শাবহুনা মুপীমচাহ্ মচিনবান্দি গুপাব মচু মাল্লহুনা লেম্না বাখল খল্লহুনা ফম্মে। বোজ মেবী চুক্‌া চমখংলে মাগা বানী শাবা যারে।

খুদক অহুদা থোঙ হাংদোক্লগা কৌদকই "গোজ মেবী। ঐ চংঙকপা য়াগদ্রা" রেজগী মপুরোইবা ফিলিপনি,

"মা-নিএ, লেংশিনখিরকউ"

মনুংদা চংওকপদা নুপীমচাদুবু হেক উবমক্কুদা চপ লেপ্পগা হায়রকই—"ঐনা কথাগী রারীদা অক্লায়বা পীরুমাল্লে।"

"বেরা লৈতেদা। মহাক ঐগী মরুপ মিস "

"স্মিথ!" নুপীমচাদুনা পন্দনা মমিংদু হায়দোক্লুনা মেয়ীগী রাহে পরেংদু মপুং কাহনখি।

মেরীনা হায়—"ঐ নঙোন্দা শন্না রারী অমা শাজনিংঙি।"

"হেক্তা য়াইবে' ফিলিপনা হায়। মহাক্না মৈকুরোমদা তুং ওক্তোক্লগা লেপলদুনা 'কয়াদা ঈংগ্রবনোনে" হায়দুনা মেং-থোকখিবদা নুপীমচাদুগী কোট অমদি তুপীদু উখি। মহাক্না মেরীদা অমুক মেংঙি।

মেরীনা হায়—ঙসিগী নুমিদাংরাইরমসিদি ওক্তোক্না ঈংগ্রেদা। ঈংদব্রা"?

ফিলিপ মোমোন মোকখি অদুগা হায়রকই— 'মিকুপ অমনিদ, লাইব্রেরীকোমদা চংলুসি হায়রবু ? মিস স্মিথ ডাই-হাক্ক, লৈবিরম্বগীদমক রায়োবিনু'।

নুপীমচাদুনা মমিং ফল্লপনা ফিলিপ্তা মেংঙি। অদুবু মাগী মচুত্তা মেরীনা খুম্মী—"এ, বেরা লৈতে, মহাক বারোরোই"

মথোয়নি থোকপ্রে অহাংবদা থোক্লগা ফিলিপনা হংঙি—

"ঐবু ভাব ইতা তাদ্রি। নুপিনচাসিবু কনানো? করম হায়না তৌরিবনো? মবোলদু খা খঙবা য়াগোইদ্রা"?

মেরীনা নোক্লগা হায়— "মসি ঐগা কাজর্ন য়োডতা থেংনবনি। য়েংউ কয়াদা ফজগ্রবা নুপীমচাসো মহাক্না ঐঙোন্দা চা কপ অমগী শেল ম্নিবগী। অতুদা ঐনা মাপু হেক্তা পুহনা লাকঅবনি।

ফিলিপনা ঙক্লা হংঙি— "অদুবু নহাক্না মঙোন্দগী পাম লিবসি করিনো"?

"ঐ মহাকা মণি লৈনবা অদুগা মাবু য়োকপা পাম্মি। মসিগী মতাংদুদি ঐখোযনি কোম্না খন্নসি। অদুগা হৌজিক্তি মাগী মমাংদা নুংঙাইতবদি উংশিগনু মহাক নুংঙাইখিরোই"

ফিলিপনা চিংনবা উংলদুনা হায়— "ইবেম্মা। ঐদি য়াম্না ঙক্লা খোকইবো। নহাক্না হাযরিসিবো ওইখোকপা য়াগদ্রনে'?

"ঐস্মু ঙসাইনা খল্লি নহাক্না মসি হাযরক্কদবসি অদুবু য়াগনি খল্লি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি ঐখোয়না ইতিহাসতা নত্রগা রাণী লাইরিক পাবদা ঊত্তহনা থেংনরিবদুনি ঐ পুক্নিং-দদি মাবু যোকপিবপে হাযবসি লেপলবনি" মেরীনা হায়।

ফিলিপনা তপনা হায়—"অদুবু" চুক্লপকা তাংগোইদু অমুক কন্থোকই অদুগা মখা তাবকই —"ব্রা অমা লৈনে। নুপীমচাসি মশক মতৌ চংখোল্লি য'ন্না ফজেনে মসে "।

মেরীনা হায়—"য়াম্না ফজেয়ে! মদুদি নহাক্কী রাখলনি। ঐদি মদোমদা ইথল খল্লদে"।

ফিলিপনা চুক্লপকী মখু কামথোক্লদুনা হায়— "মহাক্কী

শকক্কম্ন অসি কয়াদা মুংশিগ্রবনো! চাম্নরবী বোজ! নহাকস্তু অমুক্তা মুম্না য়েংউ। ঐদি কা মখুংদা হেক চংশিল্লকপদা মহাক উবদা ইঙুক ঙকরে। করে মিস স্মিথপু মুমিদাং চাক ঐখোযদা চাগদৌরিবা নত্রা? ঐবু ঙাইহাক্ত, খবর পাবা নংগত্রা"?

রোজ মেবী লাইব্রেরীদগী থোকপ্রগা ফমুংকাবোমদা চংরে। লাইরিক পানবগী কাদা চংখ্রে। চৌকীদা ফম্মগা ব্রাখন তৌরে "ফৈজ" "কয়াদা মুংশিগ্রবনো"। ছায়বা ফিলিপকী ব্রাইটু নিং-শিংবদা নিংদান তিং তিং চোংঙি। "য়াম্না ফজে "য়াম্না মু শি"। মহাক্না চেকবুক লৌথোক্লে। অমুক্ত থক্লি চেকশিনদি পান্নরাই। মহাক্না পাউন্দ মঙাগী নোট লৌথোক্লে। নোট অহু পায়রগা তুম্ফম কারোমদা চংখ্রে।

পুখায অমগী মতুংদা মেবী লাইব্রেরী কাদা চংখ্রে। ফিলিপ হৌজিক যাওবা খবর পারম্মী। মহাক্না ফিলিপ্তা হায ঐ নাঙোন্দা পাউ অসি খংহন্নীতুনা লাকপনি মিস স্মিথ ঙসি ঐখোযগীদা চাক চাবা ম্নাওবা ঙমদবা তারে হায়হুনা চংখ্রে"।

ফিলিপনা খবর থম্মগা হংঙি— "করিগীনো! মাগী হান্নগী প্রোগ্রাম অতৈ নৈবজাংলা?

মেরীনা ফিলিপকী মনাক্তা যমথবহুনা হায়— "মহাক চংলগ কন্না হাযবহুদা ঐনা শেল ওইনা পাউন্দ খর পিবগা চংহনখ্রে। মানা যানিংদবহুদা নমহুনা থাম্বস্তু যত্তত্রা থল্লী" বনি হায়বগ সিবু লাল্লত্রা"?

য়োজ মেনী শৌজিক্তা মশম মমা হাংনাগা মমিংতা কাজলকা থাহনা লিক হৌজবা শিজিন্নগা কে গা থোম্নকপনি"। মহাক্না ফিলিপকী মখজাইদা নান্নহুনা মুন্না য়েংঙগা তপনা হংঙবকই— "নহাক্না ঐবু পামদ্রবন্নে"

"ঐনা পাম্বগী ঙমখৈবু লৈবিত্রনে"। হায়রগা ফিলিপনা কোনশিনবিরম্মী।

"ঐবু লুনা তৌবিয়ুনে" —হাযরগা ঙাইহাক ভুমিন লৈরে অহুদগী তুম্ববদগী মিকপ থোবকপদোনা মেবীনা মখাতানা হাযরকই— "ঐনা ঙসি অঙকপা কেপ অমা উরকই। মমলদি গিনি কুন্নিপান হায় মহু লৈগেদা"?

ফিলিপনা হায—"অদেম্বা খবচনি ইবেম্মা! অহুবু নহাক্না পাম্মবদি লৈয়ু"।

অহুবু মেরীনা হংনিংঙিবদি অতোপ্পা রানি। মহাক্না ফিলিপকী খবাক্তা মমায়হু উপশিল্লগা তপনা হংজখি—

"ঐসিবু ফজদ্রা-?"

## প্রেমচন্দ ১৮৮০ – ১৯৩৬

( হিন্দী সাহিত্যগী অথোইবা রচনাকার )

(প্রেমচন্দবু হিন্দী উপন্যাস সম্রাট হায়না খংনৈ। বাখী ইবা ওইনম্না পৃথিবীগী থাক্তা শীংথারবা লেখকনি। মহাক্কা লায়রবা, লৌমী শিন্মীগী মীচংদা কোলোম পায়খি। মহাক্কা নৈনহংপিরবা অমম্মুং ওংপিরবাশিংগিদমক অকনবা থোল্লাওগা লে যননা মীচং লেপ্পী। সমাজগী থৌদোক খুদি মক শংশংনা পাউদন্বা লেখক্নি। পীরিবা বাখী অসিদা মহাক্কী আদর্শ বাদ অমস্তুং যথার্থ বাদকী অহিংবা খুদম উবা ফংি।)

# থুম পা-নবা দারোগা

প্রেমচন্দ

থুমগী অনৌবা বিভাগ অমা হাপচিনবা লাইনা থাবা পোৎ অসিবু নীংতম্না শিজিনবা ফংলকপদুগী মীয়াম্না লোন্না থুপনা থুমগী কারবার তৌবা হৌবে। মখল মখা অয়াম্বা মীওমবা অমম্তুং অবানবা পাম্নৈ বস্তা শিজিন্নৈ। কয়ানা চলাক তৌদুনা কনানা শেনফম-থুম পীজদুনা মাগী মাগা থবক পাংথোক্লে। ওফি-সারশিং দি হৌংবে। আমীন, কানঙ্গোগুম্বা মীনা ইকায খুম্নবা

ফম থাদোক্লরগা থুমগী বিভাগতা চৌকিদার ওইনরক্লে। দারোগা কম য বসিদি উকিলশি মরুম্নু কল্লক্লরে। ইংলিস এডুকেশন হৌবকপা মতমনি হংসিযন ধর্ম্মবু লৌনা খম্নরকপা মতাংনি ফারসী লোন য়াম্না শিজিনরম্মী। ফারসী সাহিত্যগী অপাম লুৎসিগী গৈরে খর চিনফা পুবা ওম্বা ফারসী হৈবা মীশিংনা অচৌবা ফম হেক্লা ফংঙি।

মুন্সি বংসিধবম্নু জুনেথাগী কায়ম ৱারী পাবা পোইরহনা মজনু অমম্নুং যাহোদকী অপাম-লুংশিগী বাবীনা নোল মীলগী লান অমদি অমেরিকা পুথোকখিবগী ৱাবীদগী হেন্না লুম্না খঞ্জরহনা থবক অমত ফংনবা হোৎনবম্মী মহাক্কী মপাবুংহ য়াম্না মীপোল খংবা মীনি মহাক্না তাকই— "ইবু ঙো! ইমুংগী ফক্লিবা যীভমসি মহাক্না খংঙেদো। মীগী লমন্না পোৎলুম ফাবে। লুপীমচাশিংসিনা মবোল অমা নাপী শীংনাগুম অপনবা লৈত্তনা চাউশিল্লক্লে। ঐদি তোঝ্বানগী উপালগুম্বনি কদোইঙে তুখিলি খদবা। হৌজিক্কি নংনা য়ুমগী যুম্ব লেন ওইরবনি সাভিস তৌবদা কম চাওবা চাওদবা থোইনা খল্লুম্নু মপানগী লৈতেনি। মীংয়ে অমত তৌবদা থাউঁ হেক্লা থোকপা অায খর লৈবা থবক থিগদবনি। থাগী তোলোপ হাযবসিদি পুনিমাগী থাজনি। লেংমা খঙ্গান ঙাল্লম্বগা সুম সুম হল্লাখিহুন। মাংখিবা অহুগুম্ব নি। মপানগী অায হাযবসিদি তৎত্তবা ঈকংনি মহনা খৌবাংবা কোকহনবা ওম্মী। তোলোপতি মীনা পীবনি। হেনবা লৈতে। অহুগা

অচারমদি লাইনা পিবনি। হেনগৎনিংঙাই শৈ। নশানা লাইরিক হৈরবনি। ঐনা অমুক থোইনা তাকনিংঙাই ওইদ্রে। মসিদা রাখলদি মুন্না খনবা তাই। মীশক্তু মুন্না য়েংঙু মাগী দবকাবহুম্ম যেংঙু। তানজাহ্ন য়েঙো' অহুদগীদি কবি তৌ-কম থোকই হাযবহ্ন তৌ। অচেংবদা পায়বদি শোয়দনা কান্নবনি দরকার ওইদবা মীদা মুকতুনা ফাজিন্নবা হোৎনবদি লুবনি ঐনা হাযবিবসি কাণ্ডিগনু। মসি ঐগী পুন্সিদা ফজরবা জ্ঞাননি"।

পাউতাক অসিগা লোযননা মপাবুংনা বোব পীবিবে। বংশিধব হাযবা ইনবা মচানি। মপাগী পাউতাকশিংহু মুনা তাবগা থবক থিবা চংখ্রে। পাক চাউববা স সারসিদা পুক্নিং ঈংথবনা মাগী মকপনি, বুঙ্কিনা মাগী লমজিংবনি মীপান-তাং-দবনা মাগী খোঙপোয়নি অযবা খেনগমদা চংখি। চংশিবগা ইবাই লাযনা দারোগাগী যগ যংঙে। তোলোপস্মু চাউই। অচারমদি কবি হাযকনি ঙগখে নাইবা পোং নঙে। মুন্সি হন্নুবনা মচাগী পাউহু তাবদা নুংঙাইজে। মহাজনশিংস্মু খর তপথরে। কনবারগী (মুসিগী মহাজনগী) আশাগী পান্না তেক্ক খৎলে, যেনী হুল্লে। যুমথংনবশিংগী থম্মোয়দদি তিম্ম পান্নে।।

( ২ )

নিংথমথাগী অহিংনি। থুম পা নবা সিভাই চৌকিদার পুম্নমক ঙাওহুনা লৈনখ্রে। বশিধব লাকপাসি থাং তগী হেন্দ্রি।

অদুবু তেংগ্রবা মতমসিদা মথাক্কী থনক হৈবা পুক্লিংচংবা শমদি অথবা শমচংনা মশেম ওইদুনা ওযিসাম্ব পুন্নমক্কা মহাকপু থাগংনৈ অমদি মাবু যাম্না থাজনরে। থুমগী ওফিস অহুদগী নোংপোকলোমদা মাইল অমম্বাম চংলগা যমুনা তুরেল চেল্লি। মপাহুদা ছিগী থোং অমা শাবি। দারোগা সাহেব অহু থোঙ থিংজিল্লগা নুংঙাইনা তুম্মি। খংহৌদনা মীকপ থোকঅম্মী মহাক্না তুশ্লগী ঈচলগী মহু তা ফণগাডীগী গর গর লাউবা মখোল অমসু, হিংহোনবা মম্নাম লাংবা তারম্মী হৌগংলে। অম্মক থেংগ্রবা অহিং অসিদা গাড়ি শিংসি তুবেল বাংমদা কৈদোবগী নাক্লিবানা? নাতৈ চাদবা থবক ওইবম্বা তাই। য়ুনিফোর্ম শেংচিল্লে। ফ্রিংখাউদা পিস্তোল হাপ-চিন্নে। খুদক্কা শগোল থোক্নুনা থোং মনাক্কা থুংঙবে। গারী পারং অমা থো লান্দ্রা চাখিবা উরে। মহাক্না লাউবকই "কনাগী গাবীনো"।

মিরুপ খবদি পুমচিক চিকখ্রে। মীশিংহু তুমিন্ন তুমিন স্নু সা, স্নু-সা বা তানবগুম তৌই অহুদগী খ্বাইদগী মাংথংব-হুনা খুম্মী — "পন্দিত অলোপীদ্বীনগীনি"।

"পন্দিত অলোপীদীন হায়বদি কনানো"?

দাতাগঞ্জগী"

মুন্সি বংশীধর ইঙব ঙকই। অলোপীদীন হায়বসি মায়'গ অহুদা খ্বাইদগী ইকাই খুম্নবা জমীন্দারনি লুপা লাখ

লাখকী কাববাব তৌরিবনি। মী খুদিংমক মাগী লমন তোন্দবা নৈতে হায়বা য়াই। কায়বায়স্থ চাউখ্রে। লৈবাক্লা লক-খঙবা মতমগী মী হায়বতুনি। ইংগ্রেজ অফিসারশিংনা শিকার লাকপদা মাগী যুমদা চংঙগা অতিথি ওইরিবনি। খা তয়ানিথোই চাক খা.তুনভা লৈরিবনি।

মুন্সীজীনা হ ঙি—'গারিশিংসি কদায়দা চংকদৌরিবনো?" "কানপুর" পাউখুম কংঙি। "করি পোৎ য়াওরিবগে" অমুকস্থ তুমিন তুমিন লৈখ্রে। দারোগা সাহেবতো য়াম্না চিংনরে। ঙাইহাক্ত, খুমকপ্রা য়েংঙগা মহাক্লা লাউবকই—নহোয লোই-নমক নবোপ থোক্তরা?" ঐনা হংঙিবসিনিনে— কবিনো গারি-শি.সিদা হাপ্লিবসে"?

পাউখুম ফ.ত্রবতুদা মহাক্লা অগোনতু গাবা মনাক্তা নক-শিল্লগা মখুৎনা মাতুনা য়েংঙে। চি.নবতু ওইবে। খুমগী মতুম ঙাক্তা ওইবমলে।

পন্দিত অলোপীদিন মহাকী নিংথিনা শেম শাববা দোলাই অতুদা খব তুম খর হৌগৎ তৌতুনা তু.দা লাকতম্মী। গাবি-রালা খবনা যাম্না পাখংনা চেন্নগা তাকউরে— "মহারাজ ! দারো-গানা গারীমখৈ চংহনদ্রে অত্নগা ঘাততা লেপতুনা লৈরগা মহারাজবু লাকউ হাযবি"।

পন্দিত অলোপীদীন পণ্ডমীজীবুদা চেৎনা থাজৈ মহাক্লা হায়রিবনি —'পৃথিবাসিদদি লায়রদনা খুগ দা ফাওবা লখমীনা পাল্লিবনি। মানা হ.য়ববু অশে.বনি ন্যায-নীতি পুন্নমক লখমীগী

শাম্নপোংনি। মানা পগা মওংদা জগোয় শাংল্লিবনি। হিপ্পা হিপ্পা য়াম্না কম্না হায়রকই—“চংসি চংলা ঐ লাক্কে”। হায়রগ্লনা পন্ডিতজীনা পানা মতপ অহু শেংলনা চারে অহুদগী কাস্থ অমা ইল্লহনা দারোগাগী মনাক্তা লাক্লগা হায়বশ্মী বাবুজী অশির্বাদ, ডাকপিসি, ঐখোয়দগী ৎবন্না অশোয়বা লৈহনা গাবী হিংবিরিবনো? ঐখোয় ব্রাহ্মনবুদি নুংশিবিকম থোকঃনা?

বংশীধরন খর য়াক্লা হায়—“সরকারগী হুকুমনি”।

ডাল্লাপীদীনা নোক্লনা হায়বশ্মী—“ঐখোযদি সরকারগী হুকুমস্থ খাদে সরকারস্থ খংদে। ঐখোয়গী সরকারদি নহাক্লি। নহাক্কা ঐগদি ইমু মস্কুগী বাকমনি। ঐ বদৌইডদগ নাডাম্দগী লাপলোকপা মরা লৈনদবা য়াগদ্রনে? নহাক্লা ৎবস্থ নত্তবদা বাবিনে। ঘটসিদগী লানবা তংবদা ঘাট লংইগ স্নীদা খয় কংলমদবা মাবা হৌনদে। ঐ ইশামক মহাক্কী মংাক্লা লাক কদবা ইংরিবনি। বংশীধরদো মতীক মগুন থাগংপগী বশী নখে নংলা ংহংপা ডনাদ্র। মহাক্লি অচম্বা পান্নগী ইহনিবা অাশানা থুমহ লিবা নংানি মখা চিক্তনা হায়বনই—“ঐ ডাস পৈশা লিক্কানা ংংসাহবা নমকহবাম (তৌবিম্ং হাপা) অহু গুম্বা মীনভে। হেদিং নহাক হজোক্লা লৈবা তাই। মো ডাত্রগা কান্ননগী মং ইগ্না চালান তৌনি। বস ঐ বা য়ন্না ডাংবগী নতম লৈতে। অামাগাব বদনুসিংহ! নসি হাজোনভা থমডিল্লো। ঐনাং নংরিবসিনি?

পন্দিত অলোপীদীন পুমঙক ঙকখ্রে। গারীরালাশিংস্থ য়া-ম্যা লাংনর্রে। পন্দিতজী পুন্সিদা মীনা অয়াকপা রাহৈ হায়বা অহুগা অসিগুম্বা ব্যবহার তৌবসি হন্দক্লা অহানরনি। বদলুসিং চংশিল্লক্লে অহৌবু মতিক মগুন অহু উবদা মথুং পায়বা ঙমদ্রে। পন্দিতজিনা অসিগুম্বা থম্ম না লনবু মীরাখবসি করিগুম্বদা থেংনখিদ্রি। বাখলদি তৌই। নহানি অঙম-অরাই খঙদ্রিবা পাখংনি। কল্লক-মিহৌবগী লাংদা অমুক্তা থুদ্রিবা অঙাংনি ইকায় ইকিগী বাখল নৈবপোংনব্রি" মহাক্লা যামনা তোল্লবগী ভাবত্তা হায়রকই—

"বাবু সাব। তৌবিল্লু, ঐ নাংবা তাবে। ঐগী ইজংসি পুম্মাং মাংবা তাবে। ঐবু ইকাইবা পাবগা নহাকী কবি কান্নগনি ঐ অসি কদৌঙৈদম্ব নহাক্লা হংয়বদগী হেন্দাকনবম্ভ নাংদ্রু"।

বংশীধরনা কন্না হম্মি —"ঐ অহুম্বা রা তানি দে"। অলোপা- পীদীনা পাম্বে ওইডবম্বা নুংপাক অদা খোংখাদগী নংহুখিদোংে। অচাওবোন অমম্বুং লন থুম অনিংক চৈফু যংঙে। অহুমকপ্ শেলগী মশিং য়াম্বগী শক্তিদা থাজবা খবদি নৈবি— মহাক্কী কেসিয়াবদা রাম ললাজী লুপা লিশিংগী মোট বাবু সাহেবতা কংলু। হৌজিক্তি মহাক্কি চবাম্নবা নোংশাগুম্বনি।

বংশিধরনা শাউহুনা হাযরকই— লিশিং অমা নাক্রু পাখ অমা ওইরবম্বু ঐবু অচুম্বদগী হান্থাকহনবা যাবোই থম্মগী অপঙবা বাবেপ্পা অমম্বু লাইমক্লম্বু ঙন্নদবা ওইজবা থান্দাকপগী

মতৌ অসিদা শেলনা ন্নান্না শাওবে, লখমী বাৱৌরে। হৌজিক অচুম্বগা শেনগা শক্তি অনিসি লাক্লেংনরে। শেলনা চোংথং চোংথংতুনা ফুজিন্নি নিশিং অমনা ফুজিনবদা ন্নাদবদগী মঙা, মঙাদগী তরা, তরাদগী তরামঙা, তরামঙাদগী কুন ন্নৌরে। অহুবু লনগী মশিং ন্নানথ্রবা লানমী মন্নামসিগী মমাংদা চীংগী নাতৌগুন্না থমনা মথক্তা মথোনা হনবা নৈতনা লেংদনা লেপপ্রে। অলোপীদীননা অাশা কান্নবতুনা হান্নরকই— মসিদগী হেন্না ঐ হাযনিংদ্রে। মথংসিদদি নহাক্কী নত্তিবনি অশান্নহুদা তারে।

ব শিধবনা মাগী জমাদারদা শাগবে। বদলুশিং পুক্লিংদদি দারোগাবু চৈরতুনা অলোপীদীনলোমদা চংশিল্লে। পন্দিত পাখংতুনা খোংথাং অনি অহুম তুংলোমদা হল্লি। ন্নান্না হক্তনা হাযজে— "বাবু সাব ঈশ্বরগী নমাদা ঐবু অমুক্তা থৌজানবিযুবা' নিশিং কুনগামঙাদা বাসি লোন্নশিন্নরসি"।

"ওইথোকওইদবা বানি মচু'

"নিশিং কুন্থ্রাদা ওইহনবিযু'

"স্নুপন্না যাবরোই"

নিশিং নিকুদস্থু মন্নাববোইদা?'

নিশিং নিকু নত্রেনে, লাখ নিকু ওইববস্থু যাবরোইনে বদলুসিং মী অসি হৌজিকমক হাজোক্লা পুশিল্লো। মাগী ন্নাহ অমকাও ঐ তাবরাই।

মর্মনা, (অচুম্ব) ণংবু নেংখায়রে। তাইংলে। অলো-পীদীন্না মশা ফরবা নিপা অমনা য়োংহৌ কোংঙৌ পায়রুনা মঙোন্দা পুনগদবগী তৌবহু উবে। মাৰৈগ মবিমক্তা নিংখা কায়বা অমদি মতে থৌবাংবগী মিংয়েংনা লৈহুনা য়েংজবম্মী। অহুদগী বাহ্রক্রে।

সংসারগী মী পুম্নমকতি তুম্মী। মীগী মচিন্দি তুমদে। নোংহেক ঙানবগা নহা অহল পুম্নমক্কী মচিন্দা ব্রা অসিদমক ঙংনক্রে। মী পুম্নমক্কা পন্দিতজ্ঞাগী লমচংকী মরমদা তুকা থি-থিহুনা ঙানবম্মী, লিন্দাস্থ তৌবম্মী, সসাব অসিদগী পাপীগী পাপ পুম্নমক লোইরে। ঈশিংবু শগোম শাহুনা য়োনবা খালা, অশবা হিসাব উংপা অখিসারশিং। লেলদা টিকেং মাওদনা তোংবা বারুশিং, অবানবা দলিন শেম্বা মহাজনশিং পুম্নমক লাইগী মুর্তিগুম মঙকতমক হাইনবম্মী। মথংগী নুমিংতা পন্দিত অলোপীদীন মীফা ওইহুনা পুলিসকী সিফাইশিংগা লোয়ননা মখুংতা যোংহি, চল্লি, থম্মোয়দনা অবাবা বাখল অমস্তং অশাউবগা লোয়নৈ ইবায়মংগ্রহুনা মকোক লুকথহুনা কোটপেমদা লাকলে। মতম অহুদা সহবগী মী পুম্নমক পুমলাং লাংনক্রে। মেলাদফাওবা মীযামগী মমিংসি অস্তুক যামনা লাংতক্লবম্মোই। মীনা য়াম্না তিনমনগ্রহুনা যুমথক্কা ফক্লাংগা চপ মানক্রে।

অহুবু অদা হংতা থু বনবু কোলাইহৌই। পন্দিত অলোপীদীন প্যাক চাওখ্রবা মীযামগী উম অসিগী নোংশানি। ওফিসার

পুন্নমক মাগী ভক্তনি। অতৈ থবক তৌবা অমাদা মাগী সেবক্তি উকিল-মুখতার পুন্নমক মাগী য়াথ ইনবা ঙাক্তনি। চপ্রাসী অরদলীনচিংবদি মাগী মমল তিংদবা মীনাই ঙাক্তনি। মহাকপু উবমক্তদা মায়'ক মরিদগী মীযাম চেন্নর'ক্ত মীযাম পুন্নমক পুমঙক ঙকঙ্গে। পন্দিত অলোপীদীনা কর্ণাগীদমক অসিগুম্বা থবক তৌরিবনো? হাযবগী নত্তে কানুনগী লাংদা করমনা থঙ্জিনগ্নিবনো। হাযবগী মরমদা ঙকুবনি। লন থুমম্সু, তৌনিংবা থবক তৌবা ঙম্নবা নৈবা, ৱাঙাং শঙাংস্থু হৈবা অসিগুম্বা মীসিনা করম্না আইনগী লাংদা থুরবনো? মী খুদিংমক মহাককীদমক সুংঙাইবমদে। য়াম্না থবায় যাওন উকিল লাম্না কাবু অমা লাংঙ্গংনবা শেম শাখ্রে। ন্যাযগী লমজাওদা লানগী থৌবা তৌনগা বর্শিবার তুমিন্না লেপ্পী। মাগী হাযববু অচম্বা নত্তনা অতৈ পাঙ্গল নৈজদে অশেংবা হায়বা নত্তনা অতোপ্পা খুংলাই য়াওদে। সাক্ষি নৈলে অতব শেল পাম্বনা সাক্ষিশিংচু অপাম্বা নৈতে।

মুন্সিজীগী অচুম্বা হাযবা পোং অচুমবস্থু মঙোন্দগী খজিক খরাক চংথোক্তখিবগুম তৌখ্রে। ন্যায়গী দরবারনি। অচুবু কন্নাইবশিংগী মবক্তা মাচ মীথাম নাযবগী মযাই অমা শন্দোকপগুম তৌখ্রে। অচম্বগা মাচ মীথায নাইবগা তিন্নবদি যাবপোং নত্তে। মাচ মীখ'য নৈবা মক্কমদা ন্যায় নৈবা য়দে। কেশ অচু যাম্না থুনা লোইরে। ডিপুটি মাজিস্ট্রেটনা মগী ষ্টেট মেন্টদা ইবে—“পন্দিত অলোপীদীনগী মাযোক্তা পীখিবা প্রমান

পুন্নমক যুম্ফম য়াওদবা অমম্লুং লায়া উবা ঙাক্তনি। মহাক্তি য়াম্না অচোৌবা মীনি। মহাক্না লল-থুম থরদং কান্নবনি হায়-হুনা অসিগুম্না নঙবা খোৌশিশ তৌরম্মোই। অদুমকপু দারোগাগী বংশীধরগী মরান পংনৈ লৈতে। অরাবদি মহাক্না অঙম-অরায় শঙদবা অমদি বাখল খন্নবা রাংপনা মবম ওইহুনা ভদ্রলোক অমা অবাবা খাংবা তারিবসিনি। ঐখোয়মা লুংঙাইবা অমদি মহাক্নী থবক্তা পুক্নিং চংবা মতম নৈবাখিবিক্তা মিং-না শিংবা অসিনি। অদুবু থুমগী ওফিস অয়াম্বনা পুকচেল শেংনরকপনা মবম ওইহুনা মহাক্না বাখল অমদি লৌশিংডু অরানবা ওলকল্লে। অদুনা মতুংসিদা মহাক হৈশিংনা চংপা তায।

ফায়সলা (বাযেন) অসি তাবদা উকিল পুন্নমক হবাঙবনা চোংখৎনখি। পন্দিত অলোপীদান মোমোন নোক্তুনা থোং-বকই। ইমুং মনুংগী মীশিংনা লুপানা হেক্তা হৈজিনগ্রবনি। অমদি মকপ মপা মযায়া পুকচেল চাউবগী সমদ্রু ঈংেৌরকলে। মহুগী ঈথক্না অদালতকী যুম্ফম ফংওবা নোম্মে। বংশীধরনা খোবকপদা মায়কৈ মরিদগী কয়েম্নবা বাইহুনা তাবা হৈবা ঙম খিদ্রে। মঙোন্দা নোম্থ নোম্থহুনা সলাম তৌংম্বা চপ্রাসিশিংডু কাওবনা অয়াকপা রাইহনা কবেম্নবা তাবদা মহাক্তী নাপনগী মৈদু কন্না চাকখৎখি। কন্নিগুম্না মোকদ্দমা অসিদা মাযপাক্না ঙম্মবম্ব মহাক্না অদুমহ যনা নাপন তৌশ্মোই। ঙসিদি মহাক সংসারগী অঙকপা অমদি রাদবা ঙন্দুবা গ্যান অমা ফংে—

অচুম্বগী কনুনগী ল ইরিক হৈবগী অবাং চবাংবা দিগ্রি পাম্নরিবা মক্ক ই শাংবা ফুরিং আচানবা লিংলিবা পুন্নমক অমত্তা খাজবা যাবা ইকাই খুম্নবা খ্নাবা যাওরমদ্রে।

বংশীধর লনগা য়েক্নবা ওইকাগ। মতুগী মমলদু শিংবা তাই। উচিগী ভাপ্পা অমদি লোখ্র। থবক থাদোক্নবগী হুকুম হংডবে। থবক্তা থম্নায যাওক্নবগী দন্দি ফংবা তাগ্রে। থম্মোর কায়না নুংঙাইতবগা লোয়ননা যুমদা হল্লকপা তাবে। হন্নবা মন্সিজীদী হান্নবা খংডহনা ব,ঙ' বা হৌগ্রবনি। চংলমদাইদা অহুক নীংথিনা তাকথবত্নবু মহাক্না লৌদবা। মনি মথা তৌবা গৈনা কাববারবালাশিংগী শেংস্তাখোল খা ডিং। হন্নংদা ভক্ত ওইহনা লৈজ গে খনবনি। তৌলব ঙাক্তা চাবনা কৈদৌনি। গৈম্নু নৌকরী তৌরকইনা। ফম চচোববুদি নত্তে অহুবু থবক্তি যাজনা অতুম তৌই। মাদি মধুক শে বা শাক্নবা শাগি যে। ইমুংদনা মম্মগা লাইশঙদা থাউমৈ থাল্লহনা কৈদৌনি? অসিগুম্বা বুদ্ধি ওন্ন তৈনবা শিবসি অবাবগী মশক্নি। লাইবিক লাইগু তম্মবা পুন্নমক আনমবা তাবে।

নুমিং থবগী মতুংদা বংশীধর ফিভম শোক্না যুমদা হল্লকএ। হন্নবনদি পাউ তাবদা মবাইবক খুতুম্না শুরম্মী। হন্নবনা হায়—"নকাক্কুস্মু ইবোবসিস্ম থুগাযনিংবনি"। হনা নুইনা নীংঙমদনা খংশা প্রোক প্রোক থেঙুনা খাউম্মী। শাওহনা থীনা চৈবস্মু য়্যাওবে। বংশীধরনা থৈদাকহুনা লৈরমদ্রবদি মং, চাদবস্মু খোক্নপা যাবদি। মমা হন্নবীস্মু ম্নামনা নুংঙাইরমদে।

জগন্নাথ অমসুং রামেশ্বরম চৎকনি নীংজরম্ম। আশা কায়রে। মাগী নু ৗদি কৌবফাও খুম্মদে।

হাপ্পা অমা হৌগ্রে। ঙমিদাংবাই তাঙ্গানি। হন্নুবা মুন্সিজী রাম রাম শোন্দুনা মাল্লা চৎলম্মী। মতমতুদা থোঙ্গাঙ্গা য়াম্না শি থিনা লৈতেংঙবা দোলাই অমা থারবে। অশংবা অমসুং শুগাব মচুগী পদা থাদ্দ। দোলাই চিংবা মদু জেবাহুম্ম নোং-চপশোমদ ফজবা জাংনি। মঙক্কা শংবাম্বা লীক শীবী। মচি অনি অনিমক শিথাইগী পোংখুম তোপ্পী। মনাই কথামুক পেং-বান্দা চৈতুপ ফাপত্তুনা ভাকই। মুন্সিজী শুমাং মতোনলোমদা চেংজোকই। য়েংঙবদা পন্দিত অলোপীদীন ওইবম্মে। নোঙ্ক-হুনা খুবশ্মা অত্তুগা থাগৎচরত্তুনা হায়বকই— নহাক্না লেংবীং-বকপসিনা ঐগী ইরাইবক ফববনি। নহাক্কি ঐখোয়গী পুজা তৌনিংঙাই ওইবা মীনি, অদুবু নহাক্না মিংচং থীংল্লিবসি খল্লুবদা নমা দা ইমায়সি করম ফায়না উংসিগে। মসি ইচা ফত্তবা পোকপগী মহয়নি। নত্রবদি অদোমগী মা দা কবিগী ইমায়সি কিকুক খুম্মুগদবনো অসিগুম্না ইচা পোকপগী মহুৎতা ইশ্বরনা ইচা লৈতনা থম্বিবনা কৈ।

অলোপীদীন্না হায়—'নত্ত, নত্তে, ভাই সাহেব, অদুম ফায়বিনু"।

হন্নুবা মুন্সিজীনা ঙক্না হায়রবই - "থসিগুম্না ইচাগীদমক্তি অসি হায়দ্রবদি কবিবু হায়নি?

অলোপীদীম্না যাম্না নুংশিনা হায়রকই—"শাগেগী মৈতাল অরাবা, নিপা ওইবা জাংকী মিংচংপু লৌখৎহনবা, সংসার অসিদা অচুম্বা ধর্ম্মগীদমক মশাগী থৌইজবা পুন্নমক কৎথোকপা ঙম্বা মথৌ থংবা অসিগুম্বা মী অসিব কম্না লৈরমগদগে ?"

পঃ অলোপীদীম্না বংশীধরদা হায়রকই— দারোগা সাব ! মসি থাগৎশিনবনি খনবিগন্নু। থাগৎশিন্নবরগীদমক ঐনা অস্থুক বানা লাকপা হৌনদে। নহাক্না ঐবু নহাকগী মুমিদা, অহুদদি আইনগী পাঙ্গলদা হাজোক্না থাডিনবনি। ঙসিদি ইখো না থোংনা নহাক্কী হাজোক্না লাকঅবনি। ঐনা ইনাক খুনবা মক্কম চাউবা কম্নাইবা লিশিং কয়া উবে। ওকিসাব লিশি কয়াগা থবক তৌমিন্নবে। অহুবু ঐবু মাযথিবা পীখিবসি নহাক নথক্তনবনি। ঐনা মী অতৈ পুন্নমকপু লম থুম পৈশা লিকোনগী পাঙ্গন্না মীনাইগুম শিজিন্নখ্রবনি। ঐবু নঙোন্দা বা খজিক্কুং হঙ্গৎচবা যানবা যাথং পিবীয়ু।

বংশীধরনা মশাগী চাউথোকচবগা লোয়নুনা অলোপীদীনবু স্বাগত তৌই। মহাশয় অসি ঐবু ইকায়হনগে অমসুং খোইশাউহনগে লাকইমাল্লে খল্লি। হায়জ নোঙজবগী মতৌ কবিমতা উংতে। মহুগী মহুত্তা মপানা অলোপীদীন্দা থাগৎখিবশিংহু তাবদা যাম্না নুংঙাইবমদে। অহুবু পন্দিতগী রাঙাং অহুদগী নুংঙাইতবহু যাওবদি কোকখ্রে। পন্দিতজীদা য়েংউ। চান্নবা নুংশিনবগী শক্তম উই, নাপনহু ইকায়বগী মমাংদা। মনায়

লুকথখি। হঙ্গোইবপনা হায়রকই--"অদোম্না তাকপিরিবসি পুকচেল চাউবগী খুদমনি। ঐনা খর ওল্ল বহুগীদমক ওাকপি গনি। ঐসু ইথৌ অহুনা পুনখিবদগী তৌখিবনি। চুম্নদি ঐ অসে অদোমগী প্রজা অমনি য়াথং পিবিয়ু হরাও হবাও ইনগনি।

হৌখিবগী মুখিংতা তুরেল খো্বান্দদি ঐনা হায়জবা পুম্নমক কাউথোকপিখি য়াবিখিদে। ওসিদি 'শোয়দনা য়াবিদবা যাদ্রবনি।

বংশীধবনা হায—"ঐক কবি ইতিক লৈহুনা? অহুবু ঐনা তৌবা ওস্না মতাংদদি অবাংপা লৈতনা পাংথোকচনি।

অলোপীদীম্না ষ্টাম্প নম্বা চে অমা পুথোবক্লে অহুগা মক্ত বংশীধবগী মমা দা থম্মগা হায় – "ফম অাস লৌবিদবা য়াদে লৌবিয়ু অহুগা শোই অমতা তৌবিয়ু। ঐ ব্রাহ্মন্নি। হায়রিবসি যাবিদ্রিবা ফাওবা থোঙ্গদগী লেংঙরাক্দবনি।

বংশীধবনা চে অহ পাবে। তৌবীমলনা হেনমনখিবনা মমিংতগী পীবাং শিন্থবা খহৌদ। পন্দিত অলোপীদীম্না বংশীধববু মাগী লৈবিবা সম্পত্তি পুন্নমক্কী লেঙদবা মেনেজবগী ফম হাপলম্মী। চহিগী তসব লুং শিশিং তকক্লি। তোলোপকা মথক্তা নীতিগী খবচ, তোংনবা শগোল মমল তিংদবা বাল, মীনাই-মীশন লোইনা মমল তিংদনা পিগনি। মখোল ঙিক্লা নিক্লা হায়নকই—পন্দিতজী! নহাক্কী অসিগুম্বা পুকচেল চাউবসিগী থাগংপা ওস্না ইতিক লৈজদে। অস্তুক চাউবা ফম অসি ওইবদা মতিক চাজদে।

অলোপীদীগা নোংক্রুনা হায়রবই– ঐনা পাম্বিবসি মতিক চদবা মী অমত্তকনিনে।

বংশীধরনা যাম্না চাংংলমা খুম্মী— "চুম্নবুদি ঐ অসি ননাইগুম্বনি। নহাক্কুম্বা মি চং লৈবা অচৌবা মীওই অমগী লেমা তৌবদি ইরাইবক কবগী য়ানি। অদুবু ঐদি বিদ্যাস্তু লৈজদে, বক্তিস্তু লৈজদে মহু মেনথংনবা গ্যানস্তু যাওজদে। নহাক্কী ফম অচৌবা অসিগীদমক য়াম্না গ্যান লৈবা অথঙবা মীওই অমগী দাকাব ওইবনি।

অলোপীদীগা কলম থমকমদগী কলম লৌথোক্লে। বংশীধরগী মথুংতা পীদগা হায়বকই— "ঐনা থবক হৈবা গ্যান লৈবা লাইবিক হৈবা অশিংবা মা পাম্বগী য়া নাত্তে। অহুগুম্বা মী কয়া তিংরব্রবনি। অহুগুমবা তুন অহু ঐ মুম্না থংঙবা মীনি। হৌজিক লাইবক যবা তাঞ্জা চাকংবদগী মনি মুক্তা অমা লাইনা তিবীরে মহুগী মমা দা লাইবিক হৈবা গ্যান লৈবা অশিংবা পুম্নমক অরেম্বনি। অহুনা নিংজিং মা জিংনবা তৌদনা চেদা শোই তৌবিরে। ঈশ্বরদা ঐনা খুরুমজবি — মহুদি মতম লৈবখিবিক্তা নহাক অসি নহান ভুবেল মপানগী অঙম অবায় থংদবা, মীশক মামায় য়েংদবা, তৌগদবা মথৌগীদমক্তা সুগুম্না থম্মোয কন্না দাবোগাদা ওইদুনা লৈসনু।

বংশীধরগী মমি তা পপি তারম্মী থম্মোয়গী পান্নহুনা পিকমনবা। অচৌবা থৌজাল হাপ্পা চংখিদ্রে। পান্দিতগী বোমদা শিংশিবা অমস্তু, থাঙবগী মিংলা ক্লেংঙলগা। মথুং নিংকা নিক্কা লেনেঙ্গবগী কমহাপচেদা শোক তৌরে। অলোপীদীমা হরাওমনগুরহনা মাবু কোল্লম্মী।

# C N. PUBLICATION,

## IMPHAL

না ফোংজববা :--

১। অকবব বীববলগী লৌশিং পুক্কে

মমল লুপা ৭০০

২। পৃথিবীগী খনগৎলবা বাবী তবা

মমল লুপা ৮০০